দাদা ভগৱান প্ৰৰুপিত

# অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল



ঐখোয়না করিগুম্বা অৱাবা মযোক্নবা ওইরিবসি, মদু ঐখোয়গী অশোয়বগী মহৈনি ।



Manipuri

দাদা ভগৱান প্ররুপিত

# অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল

‘Edited by Dr. Niruben Amin and Translated in Manipuri by Followers ’

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,

1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,

Opp. Navrangpura Police station,

Navrangpura Ahmedabad: 380009

Gujarat, India.

Tel: +91 79 3500 2100



**ভাব মমল** : 'পরম বিনয়' অমসুং

'ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে', হায়বা ৱাখল্লোন !

**Price** : 15 Rs.

**First Edition** : December, 2021 (500 Copies)

**Printer** : Amba Multiprint, B-99, Electronics G.I.D.C,
K-6 Road, Sector-25, Gandhinagar-382044
Phone : +91 79 3500 2142

**ISBN** : 978-93-91375-20-1

# ত্রি-মন্ত্র





নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজ্ঝায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহূনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো ;

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম ;

পঢমম হবই মঙ্গলম ১

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ২

ওঁ নমঃ শিবায় ৩

জয় সৎ চিৎ আনন্দ





# ‘ দাদা ’ ভগৱান কনানো ?

ইং ১৯৫৮ গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং ৬ তারমদাই মতমনি, মীয়াম্না, পীক থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে সেটশন প্ল্যাটর্ফম নম্বর ৩গী বেন্সতা ফমলিবা শ্রী অম্বালাল মুলজীভাই পাতেলগী মওংদা লৈরম্বা হকচাং-মন্দিরদা প্রকৃতি মওংদগী অক্রম মওংদা, চহী চা কয়াদগী ফোংদোক্লবগী ঙাইদুনা লৈরবা ‘দাদা ভগৱান’বু মপুং ফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং প্রকৃতিনা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং ১গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরমই। ‘ঐ কনানো? ভগৱান কনানো ? জগৎ কনানা শিল্লীবনো ? কর্ম করিনো ? মুক্তি করিনো? ‘অসিদসু নৎতনা জগৎকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোঙফম লম্বী ফংখিরম্মী। মতৌ অসুম্না প্রকৃতিনা ব্রমহানদা অমৎতা ঙাইরবা(অদ্বিতীয়) ওইনা মপুং ফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মদুগী মাধ্যম ওইখি শ্রীঅম্বালাল মুলজীবাই পাতেল, গুজরাত কী চরোতর ক্ষেত্রদা লৈবা ভাদরন খুঙ্গংগী পাতীদার, কন্ট্রকটর ওইনা বিজিনেশ তৌবা, মদু ওইজরবসু, ৱিতরক (রাক অমদি দৱেশ মুক্তা ওইরবা) পুরুষ !

বিজিনেশতা ধর্ম লৈগদবনি, ধর্মদা বিজিনেশ লৈরোইদবনি’, মসিগী নীতি অসি মহাক্কা পুন্সিগী অরোইবা খোঙফম ফাওবা হিংখি। পুন্সিদা মহাক্কা মীওই কনামত্তদগী পৈশা অমৎতা লৌখিদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পৈশাদগী ভক্তা কয়াবু য়াত্রদা পুখিরমই।

মহাক্কা ফংগুম্না, শুপ্নতগী পুং২ গী মনুংদা অতোপ্পা মুমুকশু (মুক্তিবু ফংনিংলিবা মীওই)কয়া আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তাগী মদুবু ‘অক্রম লম্বী’ কৌই। অক্রম হায়বদি ক্রম নৎতবা অমসুং ক্রম হায়বদি কৈরাক-কুম্না সিরি মথং-মথং কাবা অদুবুনি। অক্রম হায়বদি লিফট(Lift) কী লম্বীবুনি, শোর্ট-কত লম্বীবুনি।

মহাক মশামক্না মীয়ামদা ‘দাদা ভগৱান কনানো’? মশেং নায়না ফোংদোক্লমই মদুদী, ‘অদোম্না উরিবা অসি দাদা ভগৱান নৎতে, মসিদি ‘এ.এম.পাতেলনি’। ঐদী জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা ফাওগৎলিবা (প্রগত ওইরিবা) মসিনি ‘দাদা ভগৱান’। দাদা ভগৱানদী লোক ১৪ গী মপুংনি। মহাক অদোমদসু লৈ, মীওই পুম্নমক্তা লৈ। অদোমদনা ফোংদোক্তানা লৈ অমসুং ‘মসিদনা’ ঐহাক্কী মনুংদনা মপুংফানা ফোংদোক্লগা লৈ। দাদা ভগৱানবু ঐহাক্কসু খুরুমজে।

# খঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরী লৈন্না ঙাংথোকলকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোর্ট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি । তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা থোক্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিনবা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক ৱরদান (বোর) মওং ওইনা খুদম ওইগনি ।

পুথোকচারিবা লোন-হন্দোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজে মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মণিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু খঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি ।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা জগা খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্দোক্না ময়েক শেংনা খঙনবগীদমক ইজবনি । হায়বদি মফম খরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মণিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি । দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোক্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মণিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা । মসি নৎতবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পীজরি ।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মণিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজে তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুৎতগনি । কনাগুম্বনা জ্ঞানবু খমথেংনা খঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু খঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না খঙহনজরি ।

লোন হন্দোকপগা মরীলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি ।

We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org

# Editorial

করিগুম্বা ঐখোয়না লান্বা ওইদ্রবসু অৱাবা নংবা ওই, মদুদা থম্মোয়দা হন্না-হন্না নিক-নিক্তুনা তেঙথাবা ওই মদুদি মসিদা ঐগী করি ইরাল ? মসিদা ঐহাক্না করি লান্বা অশোয়বা তৌখ্রবগে ? তৌইগুম্বসুং পাওখুমদি ফংদে, মদুদা ঐখোয়গী মনুংদা লৈরিবা উকীলনা ৱকীলাত তৌবা হৌই মদুদি মসিদা ঐহাক্কী থজিক্তং ফাওবা অরান্বা ওইদে । মসিদি মাংদা লৈরিবা অদুগী মরালনিদনা ? অরোইবদা অসিগুম্না য়ানবা তৌই, জস্টীফাই তৌই মদুদি, 'তৌইগুম্বসুং মহাক্না অসিগুম্না তৌরমদ্রবদি মতুংদা ঐহাক্না অসিগুম্না করিগী তৌবা ওইগনি নত্রগা ঙাংবা ওইগনি ?' অসিগুম্না মশাগী অরান্বা খুমজিল্লি অমসুং মাঙদা লৈরিবা অদুগী মরালনি হায়না প্রমান তৌই । অমসুং কর্মবু মথং-মথং নাইনা শেম্বা ওইরি !

মতোনলোম্না খুরুমজনীংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা, ইচম-চমজবা মীয়ামশিংবু মাইকৈ খুদিংমক্তগী সমাধান তৌহল্লি, অসিগুম্বা পুন্সিদা কান্নবা ওইবা সুত্রা অমা পীরি মদুদি 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' । মসি জগৎ অসিদা মরাল কনাগীনো ? হুরান্বগী নত্রগা হুরানখ্রিবা মহাক, অদুগী? মসি অনি অসিগী মনুংদা কনানা অৱাবা নংবগে ? হুরানখ্রিবা মীওই অদুনা, মহাক্না অৱাবা নংলিদনা ? অৱাবা নংলিবা, মহাক্কী মরাল। হুরান্বদি ফারবা মতুংদা অৱাবা নংগনি, মতমদুদা মহাক্কী মরালগী দন্ড মহাক্না ফংগনি । ঙসি ইশাগী ইরালগী দন্ড ফংলি । ইশানা অৱাবা নংলবদি, মদু ওইরবদি কনাবু মরাল শিগনি ? মতুংদা মাঙদা লৈরিবা অদুবু মরাল লৈতবা ওইনা উই । ঐখোয়গী খুত্তগী টী-সেট কায়রবদি মদু ওইরবদি কনাদা হায়গনি ? অমসুং সেবারিদগী কায়রবদি ? অসিগুম্বনি । য়ুমদা, ললোন-ইতিক্ত, থবক্তা পুম্নমক্ত 'মরাল কনাগীনো ?' থিগদবা ওইরগদি থিজিল্লু মদুদি 'কনানা অৱাবা নংলিবগে ?' মহাক্কী মরাল । মরাল লৈরিবমখৈ, মতম অদুফাও অৱাবা ওইগনি । করিগুম্বা মরাল লৈত্রবকান্দা, মতম অদুদা মসি মালেম অসিদা কনাগুম্বা মীওই, করিগুম্বা সঙয়োগনা, ঐখোয়বু অৱাবা পীবা ঙমলোই ।

পুথোকচরিবা খোমজিন্বা অসিদা দাদাশ্রীনা 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল'গী বিজ্ঞানবু হাংদোক্লি । মসিবু শিজিন্নবকান্দা মশাগী চমম্নবা কয়া অমগী উপায় ফংবা ঙম্বা, অসিগুম্বা য়াম্না তাংবা জ্ঞানসুত্রনি !

**- ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল

## মহৌশাগী কোর্টতা...

মসি জগৎ অসিগী জজতি মফম-মফম খুদিংদা লৈবা ওই তৌইগুম্বসুং কর্ম জগৎকী মহৌশাগী জজতি অমথক্তনি, 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।' মসি নিয়ায়(অচুম-অরান) অমনি, মসিদগী জগৎ পুম্বা চৎথবা ওইরি অমসুং অরান্বদা থজবা নিয়ায়দগী সংসার পুম্নমকপু পুথোকপা ওইরি ।

মীকুপ অমত্তফাও জগৎনা নিয়মগী মপান্দা লৈতে । ইকায়-খুম্নগদবা অদুদা ইকায়-খুম্নবা ওই । দন্ড পীগদবা অদুদা, দন্ড পীবা ওই। জগৎ নিয়মগী মপান্দা লৈতে, নিয়ায়দা লৈ, মপুংফানা নিয়ায় ওইবনি । তৌইগুম্বসুং মাঙদা লৈরিবা মীওই অদুগী মীৎয়েংদদি মসি উদে, মরমদুনা খঙবা ঙমদে । করিগুম্বা মীৎয়েং অদু শেংলগনি, মতম অদুদা নিয়ায় উগনি । ইশাগী থক্তগী ওইবা মীৎয়েং লৈরিবমখৈ, মতম অদু ফাওবা নিয়ায় করম্না উগনি ?

## ব্রহ্মান্ডগী স্মামীবু করিগী অৱাবা নংলিবা ?

মসি জগৎ পুম্বা অসি 'ইশানা' মপু ওইবা মরম্ননি । ঐখোয় 'ইশামক' ব্রহ্মান্ডগী মপুনি । মদু ওইরবসু ঐখোয়না করিগী অৱাববু ময়োক্লরিবনো, মদুবু থিজিল্লুদনা ? মসিদি ঐখোয়না ইশাগী অরান্বনা মরম ওইদুনা পুল্লিবনি । মীয়াম্না লাক্লগা পুন্বা নত্তে । মদুগী অরান্বা অদুবু

মাংহল্লবদি মতুংদা মুক্তি । অমসুং তশেংনমক্কীদি মুক্ত(নান্থোক্লবা) ওই, তৌইগুম্বসুং অরান্বনা মরম ওইদুনা ফাজিন্বগী অৱাবা নংলি ।

মহাক মশামক্লা জজ, মশামক্লা মরাল লৈবা অমসুং মশামক্লা উকীল, মতমদুদা নিয়ায় কনাগী মায়কৈদা ওইগনি ? মশাগী মায়কৈরোমদা । মতুংদা মশামক মশাগী অপাম্বা নিয়ায় তৌগনিদনা ! মশামক্লা লেপ্পা-লৈতনা অরান্বা তৌবা ওই । মতৌ অসুম্না জীবনা ফাজিন-পুশিন্বদা লাকই। মনুংগী জজনা হায় মদুদি অদোমগী অরান্বা ওইরি । মতুংদা মনুংগী উকীলনা ৱাহং-হংলি মদুদি মসিদা ঐগী করি ইরাল ? অসিগুম্না তৌদুনা মশামক ফাজিন্বদা লাক্লি । মশাগী আত্মাগী কান্নবগীদমক খঙগদবনি মদুদি, কনাগী মরালদগী ফাজিন-পুনশিনবা ওইরিবনো ? অৱাবা নংলিবা, মহাক্কী মরালনি । মীয়ামগী ৱাহৈদা, য়েংলগদি মদু নিয়ায় নত্তে তৌইগুম্বসুং ভগৱানগী লোনগী নিয়ায়দি মসিবু হায়রি, 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল।' মসি নিয়ায় অসিদদি মপানগী জজকী করিসু থবক লৈতে ।

জগৎকী তশেং-তশেংবা অদুগী লিখুন মীয়ামগী লক্ষ(খঙবদা)তা লৈতে অমসুং মসিদগী মপোক কয়া-কয়া পোকপা ওইরি, মদুগী অজ্ঞান-জ্ঞান অদুগী মরমদদি মীপুম খুদিংমক্লা খঙবা ওইরি । মসিদা ফুরিৎখাও চপলি, মদুদা কনাগী মরাল ? মহাক্কী ফুরিৎখাও চপতে অমসুং নহাক্কী খক্ত করিগী চপলিবনো ? অনিমক্কী মনুংদা হৌজিক কনানো অৱাবা নংলিবা ? 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল !' মসিবু 'দাদাশ্রী'না জ্ঞান্দা 'অশেংবা অদুগা চপ-মান্না' উথি মদুদি, অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরালনি।

## খাঙগদ্রা নল্লগা সমাধান তৌগদ্রা ?

মীয়াম্না খাঙবা-ঙম্ববু হেঙ্গৎ-হন্নবা হায়, তৌইগুম্বসুং মদু কদায় ফাওবা লৈগনি ? জ্ঞানগী থৌরিদি অরোইবা ফাওবা য়ৌগনি, খাঙবা-ঙম্বগী থৌরিদি কদায় ফাওবা য়ৌগনি ? খাঙবা-ঙম্বদি লিমিটেডনি, জ্ঞানদি অনলিমিটেডনি । মসি 'জ্ঞান' অসি অসিগুম্বনি মদুদি খজিক্তংফাও

থাঙগদবা লৈত্রে । থাঙবা হায়বদি য়োৎপু মীৎনা য়েংদুনা তুমহন্বা । মদুগীদমক শক্তি দরকার ওই । জ্ঞানদদি খজিক্তংফাও থাঙদনা, পরমানন্দ ( মতোনলোম্না নুংঙাইবা ) গা লোইন্না মুক্তি ! অমসুং মতুংদা মসিসু খঙবা ওই মদুদি মসিদি হিসাব পুন্নমক কোক্লি অমসুং নাম্হোক্লি ।

করিগুম্বা অৱাবা ফাওরবদি, মহাক্কী মরাল অমসুং নুংঙাইবা ওইরগদি, মদু মহাক্কী মনা-মথুমনি । তৌইগুম্বসুং অরাম্বা কোর্টতি *নিমিত্ত*পু ফারি । ভগৱানকী কোর্ট, রিয়ল কোর্ট অদুদি মরাল ওইরিবা, মহাকপু ফাগনি। মসি কোর্ট অসি একজেক্টনি অমসুং মদুদা কনাগুম্বা অমত্তনা হোংদোকহন্বা ঙমদে । জগৎ অসিদা অসিগুম্বা কোর্ট লৈতে মদুদি কনাগুম্বা অমবু *ভোগৱতা* (অৱাবা-নুংঙাইববু ফাওবা) পীবা ঙম্বা ! সরকারগী কোর্টসু *ভোগৱতা* পীবা ঙমদে ।

মসি চাগী প্লেট অদোমদগী কাইরবদি অদোম্না নুংঙাইতবা ফাওগদ্রা? ইশাদগী কায়রবদি অদোম্না থাঙবগী মথৌ তাব্রা ? অমসুং করিগুম্বা অদোমগী ইচানুপাদগী কায়রবদি নুংঙাইতবা, চিন্তা অমসুং থোইরাং-থোয়শাউন্বা ফাওই । ইশা থক্তগী ইরালগী হিসাবনি, অসিগুম্না করিগুম্বা খঙবদা লাক্লবদি অৱাবা নত্রগা চিন্তা ওইগদ্রা ? মসিদি অতোপ্পগী দোষ য়েংবদগী অৱাবা অমসুং চিন্তা ওইহল্লি, নুমিদাং-নুংথিল খঙদনা চাকপা ওই, অমসুং মদুগী মথক্তা মশানা অসুম্না মাল্লি মদুদি ঐহাক্না য়াম্না থাঙবা ওইরি ।

ইশাগী করিগুম্বা অরাম্বা লৈরমগনি, মদুনা মরম ওইদুনা মাংদা লৈরিবা অদুনা হায়রিবনিদনা ? মরমদুনা অরাম্বা অদু চুমথোকউদনা ! মসি জগৎ অসিদা করিগুম্বা জীব অমনা অতোপ্পা জীব অমবু অৱাবা পীবা ঙমদে, অসিগুম্না নিং-থা তম্বনি অমসুং করিগুম্বা অৱাবা পীরবদি, মদু অহান্বদা থুৎ-থিংজিনখিবগী, মরম্ননি । অরাম্বা অদু লোইশিল্লু, মতুংদা হিসাব লৈররোই ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী থীয়োরি অসি ফজনা খঙলবদি পূক্লিংসু ৱাহং পুন্নমক্কী সমাধান লৈরগনি ।

**দাদাশ্রী :** সমাধান নত্তে, একজেক্ট মসিমক্কি । মসিদি সেট তৌবা নত্তে, বুদ্ধিগী ৱাফম নত্তে, মসি জ্ঞানদগীনি ।

## ঙসি মরাল লৈবা - হুরান্বা নত্রগা হুরানখিবা ?

মসি ঈ-পাওশিংদা নুংতিগী লাকই, 'ঙসি টেক্সিদা মীওই অনিনা কনাগুম্বা অমবু লুৎতৌই, ক্লেটতা কনাগুম্বা ইবেম্মা অমবু পুন্দুনা লুৎ-তৌখি ।' মসিবু পাদুনা ঐখোয়না কীগদবা নত্তে মদুদি ঐবুসু লুৎ-তৌরবদি? অসিগুম্না বিকল্প(ৱাখল মাংলান শাবা), মদুনি মরাল । মসিগী মহুত্তা নহাক্না চিন্তা লৈতনা লৈয়ু ! নহাক্কী হিসাব লৈরগদি পুদুনা চৎকনি, নত্রগদি কনাগুম্বা মপা অমত্তসু হংবিন্বা লৈতে । মরমদুনা নহাক্না কীদনা লৈয়ু । মসি খবর ইবশিংদি ইগনি, মদুদা ঐখোয়না কীগদ্রা ? মসিদি ফৈ মদুদি য়াম্না য়ামদনা দায়ৱোর্স ওই, তৌইগুম্বসুং মদুগী মশিং হেঙ্গৎলবদি মীয়াম পুন্নমক্না চিংন্বা ফাওগনি মদুদি ঐখোয়গীসু দায়ৱোর্স ওইরগদি ? মীওইবা লাক্ষ অমা মদুগী জগাদুদা লুৎ-তৌরবদি, মদুদসু অদোম্না পাখৎকদবা নত্তে । অদোমগী কনাগুম্বা মপা অমত্তসু মথক্তা লৈতে ।

হুরাল্লিবা মীওই অদুনা অৱাবা নংব্রা নত্রগা হুরানখিবা মীওই অদুনা অৱাবা নংব্রা ? কনানা অৱাবা নংবগে মদু য়েংউ ? হুরানববু মায়োক্নৈ অমসুং হুরানখি । হৌজিক কপকনু, মমাঙগী প্রগতি তৌ ।

জগৎ অসি অৱাবা ফংনবা নত্তে, নুংঙাইববু ফংনবনি । মহাক্না মহাক্কী হিসাবকী মতুং ইন্না, অদুমখৈ ফঙগনি । কনাগুম্বা মীওই খরনা নুংঙাইবা খক্তবু ফংবা ওইরি, অসিগুম্না করিগীনো ? কনাগুম্বা মীওই খরনা মতম লৈবদা অৱাববু ফংলি, অসিগুম্না করিগী ? মশামক্না অসিগুম্বা হিসাব পুরক্কি, মরমদুননি ।

‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল’ মসি সুত্রা অসিখক য়ুমগী ফল্লাংদা ইদুনা থল্লবদি অৱাবা নংবা মতমদা খঙবা ঙমগনি মদুদি মসি অরান্বা অসি কনাগীনো ? মরমদুনা য়ুম কয়াদা ফল্লাংদা অচৌবা ময়েক্তনা ইদুনা থম্মী মদুদি, ‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল’ । মতুংদা ৱাফম অদু কাউদেদনা !

করিগুম্বা কনাগুম্বা মীওই অমনা পুন্সি চুপ্পা মসি সুত্রা অসি চপ-চানা খঙবগা লোয়ন্না শিজিন্নরবদি মহাক্কা গুরু তৌন্নবগী দরকার ওইদ্রে অমসুং মসি সুত্রা অসিনা মহাকপু মোক্ষতা পুদুনা চৎকনি, অসিগুম্বনি ।

## অঙকপা ৱেল্ডিঙ্গ ওইরি, মসি !

‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল’ মসি য়াম্না চাওবা সুত্রানি । সঙয়োগকী মতুং ইন্না করিগুম্বা মতম অমগী হিসাবতগী ৱাহৈশিংগী ৱেল্ডিঙ্গ ওই । ৱেল্ডিঙ্গ ওইদ্রগদি থবক্তা কান্নবা ওইদে ! ৱেল্ডিঙ্গ ওইগদ্বনি । মসি ৱাহৈ অসি ৱেল্ডিঙ্গগা লোইন্না লৈ । মসিগী মথক্তদি য়াম্না অচৌবা লাইরিক অমা ইগনি, অসুক্কী মতীক মসিগী মনুংদা এক্সট্রেক্টনি !

অমথক ‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল’ মসিখক খঙবগা, নাকন অমগী পজল পুম্বা সোল্যুশন ফংলগনি অমসুং অনিসুবদা ‘ব্যাবস্থিত’ খঙবগা অনিসুবা নাকন্দগী পজল অদুসু সোল্যুশন ফংলগনি । মশামক্কা অৱাবা ফংলিবা মদু মশাগী অরান্বনি, অতোপ্পা কনাগী মরাল নত্তে । অৱাবা পীরিবা, মহাক্কী মরাল নত্তে । অৱাবা পীবা অদুগীদি সংসারদা অমসুং মসি ‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল’, মসিনা ভগৱানগী লো অদুদা।

**ৱাহং-হংলিবা :** অৱাবা পীরিবা অদুনা অৱাবা ময়োক্নবদি মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** মতুংদা মহাক্না ময়োক্নবা মতমদুদা মহাক্কী মরালনি হায়গনি তৌইগুম্বসুং ঙসিদি অদোমগী মরাল ফাবদা লাক্লি ।

# অরান্বা, মপাগী নত্রগা মচানুপাগী ?

মপা অমা লৈরম্মী, মহাক্কী মচানুপা নুমিদাং পুং ২ তাবা মতমদা য়ুমদা হল্লকই । মসিদি লাক্ষ য়াঙখৈগী পার্টী, মচানুপা অমখক্তং ! মপা অদুদি ঙাইদুনা ফম্মী মদুদি ইবুংঙো লাল্লবা নত্রগা লাক্লিবা ? অমসুং ইবুংঙোদুনা লাকপা মতমদা হায়-হায়দুনা য়ুমদা লাল্লমই । মদুদা মপানা ৫ রক-৭ রক জ্ঞান তান্বা হায়রম্মী, মচানুপা অদুনা মথক-থোংনা চিন্দা-পাওদরম্মী । মরমদুনা তুমিন্না লৈদুনা লাকই । মতুংদা ঐগুম্বনা হায় মদুদি, 'তোক্লোনে মদুগী পোৎলুম', অপঙ অদুবু তাদুনা লৈহল্লু ! অদোম তুমলোদনা শান্তি লৈনা ।' মদুদা হায়, ইচানুপা অদুদি ঐগীনিদনা !' য়েংউনে ! মাগী মবুক্তগী পোকপগুম্না !

মচানুপা অদুদি লাল্লগা তুম্মী । মতুংদা ঐহাক্লা মপাদুদা হংই, নচানুপা অদুনা তুমল্বা মতুংদা অদোম্না তুমব্রা নত্রগা তুমদব্রা ?' মদুদা হায়, ঐহাক্লা করম্না তুম্বা য়াগনি ? মসি ইরোই-লাবা অসিদি য়ু-থক্কুনা লাকই অমসুং তুম্মী তৌইগুম্বসুং ঐবু ইরোই লাব্রানে ? ঐহাক্লা হায়, মহাক্তি অশিংবনি । য়েংবিয়ু, মসি অশিংবা অসিনা অৱাবা ফাওবরা ? মতুংদা ঐহাক্লা মঙোন্দা হায়, 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' । মহাক্লা ৱাবরা নত্রগা অদোম্না অৱাবা নংব্রা ?' মদুদা হায়, 'অৱাবদি ঐনা নংলি! নুমিদাং পুম্বা হৌগৎতুনা...' ঐহাক্লা হায়, মহাক্কী অরান্বা নত্তে, মসিদা অদোমগী অরান্বনি । অদোম্না মমাংগী মপোক্তা মহাকপু শোয়হনখি, মদুগী মসি মহৈ ফংলিবনি । অদোম্না মাঙহনখি, হৌজিক মদুগী পোৎ অদু শিংদোক্লবগী পীবা লাক্লিবনি ।' মসি অতোপ্পা নচানুপা অহুমসি ফৈ, মদুগী নুংঙাইবা অদু অদোম্না করিগী লৌদবগে ? পুম্নমক ঐখোয়না শেমখিবা প্রোব্লেমশিংনি । মসি জগৎ অসি খঙবা য়াবা অদুগুম্বনি !

মসি হনুবা অসিগী শোয়রবা মচানুপা অদুদা ঐহাক্লা নোংমা হংখি, 'নহাক্কী নপানা কয়াম্না ৱারিবা, নহাক্লা করিগুম্বা অৱাবা অমত্তা

ফাওদবরা ?' নুপামচা অদুনা হায়, ঐহাক্না করিগী অৱাবা ? ইপানা পৈশা তানশিন্দুনা ফমলি মতুংদা ঐহাক্না করিগী চিন্তা ! ঐদি নুংঙাইথোকই।'

হায়বদি মসি মপা-মচা অনিসিদা কনানো অৱাবা নংলিবা ? মপা। মরমদুনা মপাগী মরাল । অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল । মসি নুপামচা অসিনা জুৱা শান্নরবসু, করিগুম্বা অমা তৌরবসু, মদু ওইজরবসু মহাক্কী ময়াম্বা শান্তি লৈনা তুমলিদনা ! মহাক্কী মমাসু শন্তি লৈনা তুমলিদনা! অমসুং মরায়বক থিরবা অহন অসিনা মতোম্তা হৌগৎলি । মরমদুনা মহাক্কী মরালনি । মহাক্কী মরালদি করিনো ? মদুদা হায়, মসি অহল অসিনা মসি নুপামচা অসিবু মমাংগী মপোক্তা মাঙহনখি । মরমদুনা মমাংগী মপোক্কী অসিগুম্বা ঋণনুবনধ (মরী লীপুন) শেম্মী, মদুগী মরম্না হনুবা অদুনা অসিগুম্বা অৱাবা অসি নংলি অমসুং নুপামচা অদুদি মশাগী মরাল ফংলকান্দা, মতমদুদা মহাক্কী মরাল খঙগনি । অনিমক অসিদা কনানা অৱাবা ফাওবগে ? অৱাবা নংলিবা, মহাক্কী মরাল । মসিখক, লো অমখক খঙলবদি মদু ওইরবদি মোক্ষকী লম্বী পুন্নমক হাঙদোক্লগনি।

মতুংদা মদুগী মপা অদুবু জ্ঞান তাহল্লি, 'হৌজিক মহাক্না লায়গদবা, অদুগুম্বা লম্বী অদোম্না তৌদুনা লৈয়ু ।' মহাকপু করম্না কান্নগনি, মহাকপু অমাঙবা ওইদবা, অসিগুম্বা খরা তৌদুনা লৈয়ু । ৱাখলগী ওপাধি (মপানদগী লাকপা অৱাবা) তৌরোইদবা । মহাক্কীদমক হকচাংগী অনাবনচীংবা পুন্নমক তৌগদবা । পৈসা ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈরবদি পীগদবনি তৌইগুম্বসুং ৱাখলৱাবা তৌরোইদবনি ।

নত্রগসু ঐখোয়গী মসিদা করি নিয়মনো ? অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরালনি । মচানুপাদুনা য়ু-থক্তুনা লাকই অমসুং শান্তি লৈনা তুমখ্রবদি অমসুং অদোম্না নুমিদাং পুম্বা তুম্বা য়াদে । মতমদুদা অদোম্না ঐঙোন্দা হায় মদুদি, মসিনা ইরোইগুম্না তুল্লি, ঐহাক্না তুম্বা য়াদে । ঐহাক্না হায়গনি

মদুদি অরে, অদোম্না অৱাবা নংলি মরমদুনা অদোমগী মরালনি । মহাক্না অৱাবা নংলবা কান্দা, মতমদুদা মহাক্কী মরাল ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মমা-মপা অৱাবা নংলি, মদুদি মমতা অমসুং মথৌদাংগী মরম্না অৱাবা নংলিবনিদনা ?

**দাদাশ্রী :** মমতা অমসুং মথৌদাংগী থক্না নত্তে, তৌইগুম্বসুং মরু ওইবা মরমদি মহাক্কী মরালনি । মমতা নত্তনা অতোপ্পা কোজীজ ময়াম অমা ওই, তৌইগুম্বসুং নহাক্না অৱাবা নংলি মরমদুনা নহাক্কী মরালনি । মরমদুনা কনামত্তগী মরাল থিগনু, নত্রগদি হান্নগীগুম্না মথংগী মপোক্কী হিসাব পুনশিনগনি ।

হায়বদি অনিমক্কী লো খেন্নে । মহৌশাগী লোবু মতুং ইল্লবদি মদু ওইরবদি অদোমগী লম্বী ইরায়-লায়বা ওইগনি অমসুং সরকারগী লোবু ইল্লবদি চম্মনদুনা লৈগনি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, মহাক্না মশাগী অরান্বা উগদবনিদনা ?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মশানা উরোই । তৌইগুম্বসুং মদুবু উহন্বা দরকার ওই । মহাকপু থাজবা থম্বা য়াবা অদুগুম্বা ওইগদবনি । অমুক্তং অরানববু উরবদি, হায়বদি ২ রক- ৩ রক্ত মহাক্না অনুভবতা লাকই ।

মদুদগী ঐহাক্না হায়রি মদুদি খঙবা ঙমদ্রগদি মসিখক ইদুনা থম্মু য়ুমদা মদুদি 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' । অদোমবু ননেমপোক্না অৱাবা য়াম্না পীরবদি, নুমিদাংদা তুম্বা য়াদ্রবদি, মদুদা ননেমপোকপু য়েংবা চৎলবদি মহাক্তি তুমখ্রে, অমসুং নখোক্তুনা তুম্বা ওইরবদি, মদুগী মতুংদা অদোম্না খঙলোইদ্র মদুদি 'ইশাগী অরান্বনি' । ননেমপোক্তি শান্তি লৈনা তুমখ্রে । অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল । অদোম্না মসি ৱাফম অসি

য়ানিংব্রা নত্রগা য়ানিংদব্রা ? মদু ওইরবদি অৰাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল মসিথক খঙলবদি য়ুমদা থৎন্বা অমত্তা লৈররোই ।

অহান্বদা পুন্সি করম্না হিংগনি হায়বদু তম্মু । য়ুমদা থৎন্বা হন্থন্বা। মতুংদা অতোপ্পা ৰাফম তমগনি ।

## মাংদা লৈরিবা অদুনা খঙদ্রবদি ?

**ৰাহং-হংলিবা :** মীওই থরাদি অসিগুম্না তৌই মদুদি ঐখোয়না ঙমলিবমথৈ অফবা তৌরবসু মহাক্না খঙদে ।

**দাদাশ্রী :** মহাক্না খঙদ্রবদি মদুদা ঐখোয়গী অরান্বনি মদুদি ঐখোয়না খঙবা করিগী ফঙদ্রিবা ! মহাক্কী সঙয়োগ (circumstances) ঐখোয়গা করিগী ওইরিবনো ? করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না করিগুম্বা অৰাবা ফংলিবসি, মদু ঐখোয়গী অরান্বগী মহৈনি ।

**ৰাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি ঐখোয়না খঙগদবনি ঐহাক্কী কর্ম অসি অসিগুম্বনি ।

**দাদাশ্রী :** অচুম্বমক্কী, ঐখোয়গী অরান্বা লৈত্রবদি ঐখোয়বু অৰাবা নংলোই। মসি জগৎ অসিদা কনাগুম্বা অমত্তা লৈতে মদুদি ঐখোয়বু খজিক্তংফাও অৰাবা পীবা ঙম্বা অমসুং কনাগুম্বা অৰাবা পীন্বা লৈরবদি মদু ঐখোয়গী অরান্বদগীনি । মাংদা লৈরিবা অদুগী দোষ নত্তে, মহাক্তি *নিমিত্ত*নি । মরমদুনা অৰাবা নংলিবা মহাক্কী ।

কনাগুম্বা মপুরোইবা অমদি লোয়ন্বী অনিমক্কী মরক্ত য়াম্না খৎনরবদি অমসুং অনিমক তুমখ্রকান্দা, মতুংদা অদোম্না তুমিন্না য়েংলবদি লোয়ন্বী অদু নাখোদুনা তুম্বা ওই অমসুং মপুরোইবা অদুনা হন্না-হন্না ওন্থোক-ওনশিন তৌদুনা লৈরবদি, মদু ওইরবদি অদোম্না খঙগদবা মপুরোইবা অদুগী অরান্বনি পুন্নমক, মরমদি লোয়ন্বী অদুনা অৰাবা ফাওদে।

মরাল ওইরিবা অদুনা অৱাবা ফাওই অমসুং মপুরোইবা অদুনা তুম্বা ওইরগদি অমসুং লোয়ন্বী অদুনা হৌগৎপা ওইরগদি, মদু ওইরবদি থঙঙু লোয়ন্বীগী মরালনি । 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।' মসি য়াম্না মনুং হুৎপা বিজ্ঞান্নি । জগৎ পুম্বনা *নিমিত্ত*পু থক্ত চীক্লবগী তান্নে ।

## মসিগী করি নিয়ায় ?

জগৎ নিয়মগী মতুং ইন্না চৎলি, মসি তৌশিন্নবা নত্তে । অসিগী 'রেগ্যুলেটর ওফ দ ৱলর্ড'সুনি, মসি ৱলর্ডবু লেপ্পা নায়দনা রেগ্যুলেশন্দা থম্মী ।

বস স্টেন্ডদা নুপী অমা লেপ্লম্মী । হৌজিক বস স্টেন্ডদা লেপতুনা লৈবা অসি করিগুম্বা অরান্বদি নত্তেদনা ? মীৎকুপতুদা মাইগৈ অতোপ্পদগী বস অমা লাকই অমসুং ড্রাইভরগী খুত্তগী স্টীয়রিগদা কনট্রোল লৈতবদগী ফুৎপাথ মথক্তা ৱাইশিল্লী অমসুং বস স্টেন্ড থুগায়দুনা, মদুগী নুপী অদুবু তকখায় । মফমদুদা মীওই ৫০০ গী মীনা পীকথন্বা ওই । মথোয় মীয়ামশিংদা হায়রবদি 'মসিগী নিয়ায় তৌবিয়ু ।' মদুদা মথোয় মীয়াম্না হায়গনি, 'লাইবক থীবী নুপী অসি মরাল লৈতনা শিরি ।' মসিদা নুপী অসিগী করি মরাল । মসি ড্রাইভর অসি ওক্তবনি । মদুগী মতুং মীওই ৪ –৫ মকোক লৈবশিংনা পুন্দুনা হায়গনি মদুদি, 'মসি বস ড্রাইভর অসি করম্বনো, মসিগুম্বা মীওই অসি জেল্দা থমগদবনি, অসিগুম্না তৌগদবনি, মদুগুম্না তৌগদবনি । নুপী তোল্লবী অদু বস স্টেন্ডদা লেপলম্বনি, মসিদা মহাক্কী করি মরাল ?' অরে, অদোম্না মহাক্কী মরাল খঙদ্রব্রা । মহাক্কী মরালনি, মরমদুনা মহাক্কী থৱায় লান্বা ওইরিবনি । হৌজিক মসি ড্রিভরগী মরালদি, মহাকপু ফারকান্দা । মসিগী কেস চৎথরবা অমসুং মদুগী কেসতা মায়পাক্লগদি মরাল লৈবনি হায়গনি, নত্রগদি মরাল লৈতবা প্রমান তৌরবদি মহাক নান্থোক্কনি । মদুগী নুপী অদুগী মরাল ঙসি ফাবদা লাক্লি। অরে, হিসাব লৈতনা কনাগুম্বনা শিব্রানে? মদুগী নুপী অদুনা মমাংগী হিসাব শিংদোক্লি । খঙগদবনি মদুদি মদুগী নুপীদুনা অৱাবা নংলি,

মরমদুনা মহাক্কী মরালনি । মতুংদা মদুগী ড্রইভর অদু ফারকান্দা, মতমদুদা ড্রিভরগী মরাল । ঙসি ফারিবা অদু, মহাক মরাল লৈবনি ।

মসিগী মথক্তা মীয়াম থরানা করি হায়বগে হায়বদা, ‘করিগুম্বা ভগৱান লৈরম্লগদি অসিগুম্না থোক্লমলোইদবনি । মরমদুনা ভগৱানগুম্বা পোৎ অমতা মসি সংসার অসিদা লৈতবা মাল্লি, মসি নুপী অসিগী করি মরালনো ? হৌজিক মসি পৃথিবী অসিদা ভগৱান লৈত্রে ।’ য়েংবিয়ু !! মসি মীওইশিং অসিনা অসিগুম্বা এক্সট্রেক অসি লৌথোকই । অরে, অসিগুম্না করি মরমগী ? ভগৱানবু করিগী মমিং শিরিবনো ? মহাক্কী য়ুম করিগী হাংহল্লিবনো ? ভগৱানগী য়ুম হাংহন্নবা থোক্লক্লি । অরে ইবুংঙো, ভগৱান লৈত্রগদি মতুংদা করি লৈহৌরি মসি সংসার অসিদা ? মসি মীয়াম অসিনা করি খঙবগে ভগৱানগী চালাইবা লৈত্রে । মতুংদা মীয়ামশিংনা ভগৱানগী মথক্তা থাজবা লৈতে । অসিগুম্না নত্তে । মসি পুম্বা হিসাবতগী চৎলিবনি। মসি মপোক অমগী ৱাফম নত্তে । ঙসি মসি নুপী অসিগী অরান্বা ফাখ্রে, মরমদুনা মহাক্না অৱাবা নংবা ওইরি । মসি পুম্বা নিয়ায়নি । মদুগী নুপী অদু তকখাইবা অদুসু নিয়ায়নি । হায়বদি মসি জগৎ অসি নিয়মগা লোয়ন্না লৈ। তেনতক ওইনা মসি থক্তনি হায়নিংবা ।

করিগুম্বা মসি ড্রইভর অসিগী অরান্বা ওইরবদি সরকারগী অকন্বা নিয়ম লৈ, অদুক্কী মতীক কন্বা মদুদি মফমদুমক্তদা মীওইববু লেপহনদুনা নোংমৈনা কাপতুনা মফমদু মক্তদা লোইশিল্লি । তৌইগুম্বসুং মসিদি সরকারসু হায়দে, মরমদি কনাগুম্বা অমবু হেক্ত লোইশিন্নবা য়াদে । তশেংনমক্কী মহাক মরাল লৈবা নত্তে । মহাক্না অনৌবা মরালবু শেমলি, মদুগী মরাল অদু মহাক্না অৱাবা নংলবা কান্দা, তৌইগুম্বসুং মহাক্না অদোমবু মরালদগী মুক্তি ওইহল্লি । অদোম মরালদগী নান্থোক্লে । মহাকপু মরালনা ফাজিল্লী। মরমদুনা ঐহাক্না সদবুদ্ধি পীন্বা হায়রি মদুদি মরাল লৈবদা লাক্কনু ।

# এক্সিডেন্ট হায়বদি...

মসি কলিয়ুক অসিদা এক্সিডেন্ট অমসুং ইন্সিডেন্ট অসুল্লা ওই মদুদি মীওইবনা অৱাবদা তাবা ওই । এক্সিডেন্ট হায়বদি করিনো ? 'তু মেনী কোজেজ এড এ টাইম' (হৌরকফম মখল কয়া অমা মতম অমখক্তদা) অমসুং ইন্সিডেন্ট হায়বনা করিনো ? 'সো মেনী কোজেজ এড এ টাইম।' (মশিং থিঙমদ্রবা হৌরকফম কয়া অমুক্তদা) মরমদুনা ঐহাক্না হায়গনি মদুদি 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' অমসুং মমাংদা লৈরিবা অদুদি ফারকান্দা, মতমদুদা মহাক্কী মরালনি হায়না খঙগনি ।

মসিদি, ফারিবা অদুবু, মহাকপু হুরান্বনি হায়না কৌরি । অসিগুম্বা ওফিস্তা মীওই অমা ফারবদি, মহাকপু হুরান্বনি হায়গনি, মদু ওইরবদি ওফিস্তা অতোপ্পা হুরান্বা লৈতব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** পুন্নমক লৈ ।

**দাদাশ্রী :** ফাদ্রিঙৈ, মতম অদুফাও মতেং পাংলি । মহৌশাগী নিয়ায়দি কনাগুম্বা অমত্তনা ফোংদোক্ত্রি । য়াম্না তেন্বা অমসুং টচ ওইবা। মরমদুনা উপায় ফংলেদনা ! সোর্ট-কট ! 'অৱাবা নংলি মহাক্কী মরাল', মসি ৱাফম অসিথক খঙবগা সংসারগী পোৎলুম ময়াম অমা লোইশিন্বা ওই ।

ভগৱানগী লোদি করি হায়বগে হায়বদা করিগুম্বা মফমদা, করিগুম্বা মতমদা, অৱাবা নংলিবা অদু, মদু মশাগী মরালনি । মদুদা কনাবু, উকীলবুসু হংবগী মথৌ তাদে । কনাগুম্বনা ফুরিৎথাওদগী পৈশা চপ্‌লবদি পৈশা চপ্লিবা অদুগীদি নুংঙাইবগী ৱাফম্নি, মহাক্তি জলেবিশিং চাদুনা লৈরমগনি, হোটেলদা চা অমসুং ব্রেকফাস চাদুনা লৈরমগনি অমসুং মদুগী মতমদুদা পৈশা চপথিবা, মহাক্তুদি অৱাবা নংলি । মরমদুনা অৱাবা

নংলিবা মহাক্কী মরাল । মহাক্না করিগুম্বদা হুরাল্লমগনি, মরমদুনা ঙসি ফারি অমসুং পৈশা চপলিবা অদুনা ফারকান্দা, মতমদুদা হুরান্বা হায়গনি।

ঐহাক্না করিগুম্বা অদোমগী অরান্বা থিনাবগী ফমদুনা লৈরোই । জগৎ পুম্বা মাংদা লৈরিবা অদুগী অরানববু য়েংই । অৱাবা নংলিবনা মশামক, তৌইগুম্বসুং অরান্বা অদুদি মাংদা লৈরিবা অদুগী য়েংই । মসিদগী মরাল অদু ডবল হেন্না হেঙ্গৎলি অমসুং ব্যাবহারসু য়েৎশিন্নবা ওই । মসি ৱাফম অসি খঙলবদি চায়েৎন্বশিংদু হন্থবা ওইগনি ।

## মোরবীগী ঈশিং-ঈচাও, করি মরমগীনো ?

মোরবী সহরদা ঈশিং-ঈচাও লাকপদু অমসুং মদুদা থোকখিবা, মদু পুম্বা কনানা তৌরিবনো ? মদুবু থিদোকউ খরা । কনানা তৌবগে মদু ?

মরমদুনা ঐহাক্না ৱাফম অমখক্ত ইরি মদুদি মসি মালেম অসিদা কনাগী মরালনো ? মশামকপু খঙন্বগীদমক পোৎ অমবু মওং অনি থোক্না খঙগদবনি । অৱাবা নংলিবা অদুনা 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল, মসি ৱাফম অসি খঙগদবা অমসুং, য়েংলিবা অদুনা 'ঐহাক্না মহাকপু মতেং পাংবা ঙমদে, ঐহাক্না মতেং পাংগদবনি,' অসিগুম্না য়েংগদবনি ।

মসি জগৎ অসিগী নিয়ম অসিদি অসিগুম্বনি মদুদি মীৎনা উরিবা, মদুবু অরানবা কৌরি । তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী নিয়মদি অসিগুম্বনি মদুদি অৱাবা নংলিবা মহাক, মহাক্কী মরালনি ।

## ইশাদা ফাওবা, মদুদা জ্ঞান নত্রগা বুদ্ধি ?

**ৱাহং-হংলিবা :** খবরদা পায় মদুদি ঔরঙ্গাবাদ অসুম্না থোক্লি নত্রগা মোরবীদা অসুম্না থোক্লি মদুদা ঐখোয়গী মথক্ত ফাওবা ওই, করিগুম্বা

পাবগী মতুংদা করিগুম্বা অমত্তা ফাওদ্রবদি মদু ওইরবদি মদুবু জড় (থৱায় পান্দবা) হায়গদ্রা ?

**দাদাশ্রী :** ফাওদবা ওইরগদি, মদুগী মমিং জ্ঞান ।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা ফাওবা ওইরগদি, মদুবু করি হায়গনি?

**দাদাশ্রী :** মদুবু বুদ্ধি হায়গনি, হায়বদি সংসার কৌগনি । বুদ্ধিদগী ইমোশনল ওই, তৌইগুম্বসুং করিসু তৌবদি ওইদে ।

মসিদা লান-শোক্লবগী মতমদা পাকিস্তানশিংনা বোম থাদবা লাকখি, মীয়াম্না মসিবু খবরদা পায় মদুদি মফম অদুদা বোম থাদরবদি মসিদা সফোকেশন (হুমাং নপ্পীকাবা) ওই । মসিদা ফাওহল্লিবসি, মদু মহাক্কী বুদ্ধিনি অমসুং বুদ্ধি থক্তনা সংসার হৌগৎহল্লি । জ্ঞানদি ফাওবা ওইহনদে । খবর পারবসু মশাদা ফাওদবা ওই । ফাওদবা হায়বদি ঐখোয়দা করিগুম্বা অমত্তা শোকপা ওইদে । ঐখোয়দি থঙবা অমসুং উবা থক্তনি ।

মসি খবর অসিবু করি তৌগনি ? থঙগদবনি অমসুং উগদবনি, মদুখক্ত! থঙবা হায়বদি মদুবু শনদোক্লা ইবা ওইবা, মদুবু থঙবা কৌই অমসুং শন্দোকপা ওইদ্রবদি, মতমদুদা মদুবু উবা কৌগনি । মদুদা কনামত্তগী মরাল নত্তে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতমগী দোষতি লৈদনা ?

**দাদাশ্রী :** মতমগী করিগী দোষ ? অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল। মতমদি হোংদুনা লৈগনিদনা ? অফবা মতমদা ঐখোয়না পুন্নমক লৈরমদ্রৱনে ? তীর্থঙ্কর ২৪ লৈরম্মী, মতমদুদা ঐখোয়না লৈরমদ্রৱনে ?

**ৱাহং-হংলিবা :** লৈরম্মী ।

**দাদাশ্রী :** মদুগী মতমদুদা ঐখোয়না চটনি চাবদা (সংসারগী লোইবা-থমবা নাইবা নুংঙাইবদা) তাদুনা লৈ, মদুদা মতম তোল্লবনা করি তৌগনি ? মতমদি মতোম্তা লাক্কুনা লৈগনিদনা ! নুংথিল্দা থবক তৌদ্রবদি মদু ওইরবসু নুমিদাংদি লাক্কুনা লৈরোইদ্রনে ?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয় ।

**দাদাশ্রী :** মতুংদা নুমিদাংগী পুং ২দা চনা লৈন্বা থারবদি, ডবল মমল পীরবসু কনাগুম্বনা পীব্রা ?

## মীয়াম্না মাল্লি, মসি ওন্ন-তৈন্বা নিয়ায়

হৌজিক সাইকল থৌবা অমা চৎলি, মহাক্না মশাগী অচুম্বা লম্বীদা অমসুং স্কুটর থৌবা অমা অরান্বা লম্বীদা লাক্লি, অরান্বা লম্বীদগী অমসুং সাইকল থৌবা অদুগী মখোঙ অদু থুদেক্লি । হৌজিক কনানা অৱাবা নংলিবগে ?

**ৱাহং-হংলিবা :** সাইকল থৌবদুনা, মখোঙ তেক্লিবা অদুনা ।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মখোয় অনিগী মনুংদা ঙসি কনানা অৱাবা নংলিবগে ? মতমদুদা হায়, 'মখোঙ তেক্লিবা, অদুগী ।' অমসুং ঙসি মসি স্কুটর থৌরিবা অদুগী *নিমিত্ত*গী হান্নগী হিসাব অদু শিংদোক্লি । স্কুটর থৌবা অদুনা হৌজিক করিগুম্বা অৱাবা লৈতে । মহাক্তি ফারবা কান্দা, মতমদুদা মহাক্কী মৱাল লাওথোক্কনি মরমদুনা অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মৱাল।

**ৱাহং-হংলিবা :** অশোকপা ওইরিবা, মহাক্কী করি মৱাল ?

**দাদাশ্রী :** মহাক্কী মৱাল, মহাক্কী অহান্বগী হিসাব, ঙসি মসিদা শিংদোক্লি । হিসাব লৈতনা কনাগুম্বা অমবু করিগুম্বা অৱাবা অমত্তা পীবা

ঙমদে । হিসাব লোইদ্রিফাও, মতম অদুফাও অৱাবা নংগনি । মসি মহাক্কী হিসাব লাক্লি, মরমদুনা ফারি । নত্রগদি অসুক য়াম্না চাওবা মালেম অসিদা? অতোপ্পা কনাগুম্বা অমা করিগী ফাদ্রিবনো ? অদোম্না কীদনা করিগী কোইচৎ-চৎলিবনো ? মদুদা হায়, ঐখোয়গী হিসাব লৈরগদি থোক্কনি, হিসাব লৈত্রগদি করিবু থোক্কনি ? মীয়াম্না অসিগুম্না হায়দনা ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অৱাবা নংদনবা, মদুগীদমক করি উপায় লৈবগে?

**দাদাশ্রী :** মোক্ষতা চৎকদবনি । কনাগুম্বা অমত্তবু অৱাবা পীরোইদবনি । কনাগুম্বনা অৱাবা পীরবদি, মদু ঐখোয়না তুংশিল্লবদি মদু ওইরবদি ঐখোয়গী কর্মগী একাউন বুক অদুবু শিংদোক্তুনা কোক্লে ক্লের ওইরে । কনাগুম্বা অমত্তা অনৌবা পীগনু, অনৌবা বেপার হৌরোইদবনি অমসুং অরিবা লৈবশিংদু শিংদোক্লবদি মদু ওইরবদি পীথোক্তুনা কোক্লগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি মখোঙ তেক্লিবা, মদুগী অৱাবা নংলিবা অদুনা অসুম্না খনগদবা মদুদি ঐগী ইরালনি অমসুং স্কুটর থৌরিবা অদুগী ময়োক্ত করিগুম্বা অমত্তা তৌরোইদবনি ?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা অমত্তা তৌরোইদবনি, অদুগুম্না নত্তে । ঐহাক্না করি হায়বগে হায়বদা, পূক্নিংগী পরিনাম অদু হোংলোইদবনি । ব্যাবহারদা করিগুম্বা চৎথরিবশিংদু, মদু চৎথবিয়ু তৌইগুম্বসুং পূক্নিংদা রাগ(চান্নবা) –দুৱেষ(য়েংথিন্বা) তৌরোইদবনি । কনাগুম্বনা ঐগী ইরালনি অসিগুম্না খঙলবদি, মহাক্না রাগ–দুৱেষ তৌরোই ।

ব্যাবহারদা পুলিস ওইবনা হায়রবদি মমিং ইবিয়ু হায়রবদি ইবা মথৌ তাই । ব্যাবহারদি ফজনা তৌবা মথৌ তাই তৌইগুম্বসুং নাটক্কুম্না, দ্রামেটিক, রাগ-দুৱেষ তৌরোইদবনি । ঐখোয়না 'ইশাগী অরান্বনি' অসিগুম্না খঙলবদি মতুংদা মদুগী স্কুটর থৌবদুগী মহাক্কী করি মরাল ? মসি জগৎ অসিনদি মীৎ পাংদুনা য়েংলি, মরমদুনা মহাকপু প্রমানদি পীবা

মথৌ তাই, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না স্কুটর থৌরিবা অদুগী মথক্তা রাগ–দুৱেষ তৌরোইদবনি । মরমদি মহাক্কী মরালদি লৈতে । ঐখোয়না অসিগুম্না অরান্বা শিরি মদুদি মহাক্কী মরালনি মদু অদোমগী দ্রষ্টিদা নিয়ায় নত্তবা ওইনা উই । তৌইগুম্বসুং তশেংবদদি অদোমগী দ্রষ্টিদা খেন্নবদগী নিয়ায় নত্তবা ওইনা উরিবনি ।

**ৱাহং–হংলিবা :** অচুম্বনি ।

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বনা অদোমবু অৱাবা পীরবদি মদু মহাক্কী মরাল নত্তে তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অদোম অৱাবা নংলবদি, মদু ওইরবদি মদু অদোমগী মরালনি । মসি মহৌশাগী লোনি । জগৎকী লোদি করম্না তৌবগে ? অৱাবা পীরিবা মহাক্কী মরাল ।

মসি অকুপ্পা ৱাফম অসি থঙলবদি জ্ঞানতাগনি, মতমদুদা মীওইবনা সমাধান লৈগনি ।

## উপকারীনি, কর্মদগী মুক্তি পীরিবশিং

মসিদি মহাক্কী পূক্নিংদা ফাওবা ওই মদুদি, ঐগী ইনেমপোক্না ঐবু অৱাবা পীরি । মদু নুমিদাং–নুংথিল নীংশিংদুনা লৈব্রা নত্রগা কাউব্রা ?

**ৱাহং–হংলিবা :** নীংশিংদুনা লৈ ।

**দাদাশ্রী :** নুমিদাং–নুংথিল নীংশিংদুনা লৈ । মরমদুনা হকচাংদা শোকপা ওই । মতুংদা অতোপ্পা করিগুম্বা অফবা পোৎপুসু মহাক্না উরোই। মরমদুনা ঐহাক্না মহাকপু করি খঙহন্বগে মদুদি মহাক্না অফবা মনেমপোক ফংলি, মহাক্নসু অফবা মনেমপোক ফংলি অমসুং নহাক্না অসিগুম্বা করিগী ফংলিবনো ? মসি অদোমগী মমাং মপোক্কী হিসাবনি, মসি শিংদোকউ । করম তৌনা শিংদোক্কনি, মদুবুসু খঙহল্লি, মরমদি মহাক্না নুংঙাইবা ওইনবা।

মরমদি অরানবদু মহাক্কী মনেমপোক নত্তে । অৱাবা নংলিবা, মহাক্কী মরালনি । হায়বদি মাংদা লৈরিবা অদুগী অরান্বা নত্তে ।

জগত্তা কনাগুম্বা অমত্তগী অরান্বা নত্তে, অরান্বা পুথোক্লিবা অদুগী অরান্বনি । জগত্তা অরান্বা তৌবা অমত্তা লৈতে । মশা–মশাগী কর্মগী মহৈ লাকপদগীনি । পুন্নমক্না অৱাবা ময়োক্নরি, মখোয়না ঙসি অরান্বা তৌবা নত্তে। মমাংগী মপোক্কী কর্মগী মহৈগী মওংদা মসি পুন্নমক থোক্লিবনি । ঙসিদি মহাক্না পস্তৱো(নিঙমদবা)ফাওবা ওইরি তৌইগুম্বসুং হন্না কোন্ট্রেক ওইখ্রবা ওই, মদুদা করি তৌগনি ? মদুবু মায়োক্নদনদি উপায় লৈতে ।

মসি মালেম্দা অদোম্না কনাগুম্বা অমগী অরান্বা থিগে হায়রবদি, অৱাবা নংলিবা, মহাক্কী মরাল । মমৌনুপীনা মনেমপোকপু অৱাবা পীরবদি নত্রগা মনেমপোক্না মমৌনুপীবু অৱাবা পীরবদি, মদুদা অৱাবা কনানা নংবগে ? মনেমপোক্না । মদু ওইরবদি মনেমপোক্কী মরালনি । মনেমপোক্না মমৌনুপীবু অৱাবা পীরবদি, মদু ওইরবদি মমৌনুপীনা মসি খক্ত খঙগদবনি মদুদি ঐগী ইরালনি । মসিদা দাদাশ্রীগী জ্ঞানগী মতুং ইন্না খঙগদবনি মদুদি ঐগী অরান্বা ওইরমগনি, মরমদুনা মহাক্না ৱাহৈ অথিবনা ঙাংলিবনি। হায়বদি মনেমপোক্কী মরাল শিরোইদবনি । মনেমপোক্কী মরাল শিবদগী হেন্না চায়েৎন্বা ওইরি, কোমপ্লেক্স হেন্না ওইরি অমসুং মনেমপোকপু মমৌনুপীনা অৱাবা পীরবদি মনেমপোকপু দাদাশ্রীগী জ্ঞান্দগী খঙগদবা মদুদি অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরালনি, মদুগী হিসাবগী মতুং ইন্না ঐহাক্না থৌদাংদু পাংথোক্কদবনি ।

মনেমপোক্না মমৌনুপীগা খৎনরবদি, মদু ওইরবসু মমৌনুপীনা নুংঙাইনা লৈরবদি অমসুং মনেমপোক খক্ত অৱাবা ফাওরবদি, মতমদুদা মরাল অদু মনেমপোক্কীনি । মৌঅহন্দা খুৎথিংজিন্দুনা অদোম্না অৱাবা নংলবদি মদু অদোমগী মরাল অমসুং মহাকপু খুৎথিংজিন্দনা পীবা লাক্লবদি, মদু ওইরবদি মমাংগী মপোক্কী করিগুম্বা হিসাব লৈহৌবা, মদুবু শিংদোক্লি।

মতমদুদা অদোম অমুক হন্না অশোয়বা তৌগনু, নত্রগদি অমুক হন্না অৱাবা ময়োক্লগনি । মরমদুনা নান্থোক্কে হায়রদি করিগুম্বা অখাবা-অথুম্বা লাক্লবদি(খোন্থিনা চৈবা)লাক্লবদি, মদুবু তুংশিল্লু । হিসাব শিংদোক্লগনি । মসি জগত্তা হিসাব য়াওদনদি মীৎ-চান্নবসু ওইথোক্তে, মদু ওইরবদি লেমহৌরিবা পুন্নমক হিসাব লৈতনা ওইরমগদ্রনে ? অদোম্না কনা-কনাদা পীথি-পীথিবশিং, মদুগা চপ-মান্ননা অদোম্না অমুক হন্না ফংগনি মতমদুদা অদোম্না হরাওনা তুংশিল্লু মদুদি, হাস ! হৌজিক ঐহাক্কী হিসাবকী একাউন্দ পুন্নমক লোইশিল্লনি । নত্রগদি অরান্বা তৌরগদি মতুংদা অমুক হন্না অৱাবা ময়োক্লগনি ।

ঐহাক্না 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' মসি সুত্রা অসি পুথোক্লি, মীয়াম্না মসিবু অঙকপনি হায়না লৌরি মদুদি অশেংবা থিজিনবনি মসি !

## গিয়রদা খুৎ-চপ্পা, কনাগী মরাল ?

অখাবা নংলিবা, মহাক্না তৌরিবসি । তৌরিবা অদুনি বিকল্প (কল্পনা)নি মসি মশীন্নরী অসি মশামক্না শাবা ওই অমসুং মদুদা গিয়রগী চক্কা লৈ, মদুদা মশাগী মখুৎ চপ্পবদি মদুগী মশীন্নরী অদুদা অদোম্না লাক্ষ অমা হায়রবসু মদুদি ইবুংঙো, ঐগী খুৎনি, ঐনা নহাকপু শাবনিনে ! মদু ওইরবদি মদুগী গিয়রগী চক্কা অদুনা খুত্তু থাদোকপ্রা ? থাদোক্তে । মহাক্তি অদোমবু খঙহল্লি মদুদি ইবুংঙো, মসিদা ঐগী করি ইৱাল ? নহাক্না অৱাবা নংলি মরমদুনা অদোমগী ইৱাল ! অসিগুম্না মপানগী চৎলিবা মশীন্নরী পুন্নমক্কীসুনি । মসি মীয়াম পুন্নমক গীয়রগুম্বা ঙক্তনি । গীয়র লৈত্রগদি মুম্বে সেহের পুন্নমক্তা কনাগুম্বা লোয়ন্বীনা মহাক্কী মপুরোইববু অৱাবা পীরোই অমসুং কনাগুম্বা মপুরোইবনা মহাক্কী লোয়ন্বীবু অৱাবা পীরোই । মশাগী য়ুমদি পুন্নমক্না নুংঙাইনা থমগনি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না নত্তে । মসি অঙাং, মপুরোইবা-লোয়ন্বী পুন্নমক মশীন্নরী থক্তনি, গীয়র থক্তনি ।

## চীংবু অমুক-হন্না নুংনা থোমগদ্রা ?

**ৰাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বনা অদোমদা নুংনা থোল্লবা অমসুং মদুদগী ঐথোয়না শোকপা ওইরগদি অমুক হেন্না ইমোশনেল ওইবা ওই ।

**দাদাশ্রী :** শোকপদগী খোয়শাউন্বা ওই, নত্রনে ? তৌইগুম্বসুং চীংদোন্দগী ওন-ওন্দুনা নুং অমা কোক্তা তারবদি অমসুং ঈ-থোক্লবদি ?

**ৰাহং-হংলিবা :** মদুগী ফিবম অদুদা ঐথোয়না অসুল্লা খনগনি মদুদি কর্মগী মতুং ইন্না ঐথোয়দা শোক্কদবা ওইরমগনি, মরমদুনা শোক্লিবনি।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং, চীংবু ৰাহে অথিবনা চৈরোইদ্রা ? শাউরোইদ্রা মদুগী মীৎকুপতুদা ?

**ৰাহং-হংলিবা :** মদুদা শাউন্বগী মরম লৈতে । মরমদি মসি কনানা তৌরিবনো, মদু ঐথোয়না খঙঙি ।

**দাদাশ্রী :** মদুদা কয়াম্না জ্ঞান তারিবা ?! মশা-মতোম্তা জ্ঞান লাকইদনা নত্রগা লাক্তব্রনে ? মতৌ অসুল্লা মসি পুন্নমক চীংগুম্বা ঙাক্তনি। নুংনা থারিবদুসু, ৰাহে অথিবনা চৈরিবদুসু, হুরাল্লিবদুসু, মথোয় পুন্নমক চীং খক্তনি, আত্মা নত্তে । মসিবু খঙলবদি থবক লোইশিল্লগনি ।

কনাগুম্ববু মরাল লৈবা ওইনা উরবদি, মদু অদোমগী মনুংদা ফমলিবা য়েক্কবা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবনি, মথোয়না অসিগুম্না উৎলি । মশাগী দ্রষ্টিদগী মহাক্না মরাল লৈবা ওইনা উদে, অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবনা উহল্লি । কনাগুম্বদা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা লৈত্রবদি, মহাকপু মরাল লৈবা ওইনা উহন্নবা কনামত্তা লৈতে অমসুং মহাকপু, কনাগুম্বা অমত্তা মরাল লৈবা ওইনা উদে । তশেংনমক্কী মরাল লৈবা কনাগুম্বা অমত্তা লৈতে । মসিদি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা

মনুংদা চংখ্রে অমসুং মখোয়না ‘ঐ চন্দুভাইনি’ অসুগুম্না খনবদগী মনুংদা চঙখ্রে । ‘ঐ চন্দুভাইনি’, মসি থাজবা অসি লৈত্রবদি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা চৎখ্রনি । মদু ওইরবসু য়ুম হাঙহন্বদা মতম খরা চঙগনি, মরমদি মতম কয়াদগী মনুংদা চঙদুনা লৈদনা !

## মসিদি য়াম্না ৱাংবা নৎকী মওং-হৌন্বী

**ৱাহং-হংলিবা :** অমরোমদা মশামক অৱাবা নংলি, হৌজিক মহাক্না মশাগী অরান্বদগী অৱাবা নংলি । মদুদা অতোপ্পা মীওইশিংনা মশাগী দরকার ওইবদগী হেন্না মকোক শিজিন্নদুনা লাক্লি মদুদি, ‘অরে, করি তৌরগে, করি তৌরগে ?’ তৌইগুম্বসুং মসিদা অসিগুম্না হায়বা য়ায় মদুদি মহাক্না মসিদা করি দরকার লৈবগে ? মহাক্না মশাগী মরালদগী অৱাবা নংলি । অদোম মীয়াম্না মহাক্কী অৱাবা লৌবদি য়াদেদনা ।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মসিদা হঙবা লাক্লিবা, উন্নবা লাক্লিবা, মখোয় মশাগী য়াম্না ৱাংবা নৎকী হৌন্বী নিয়মগী মতুং ইন্না লাক্লিবনি । অসিগুম্না উন্নবা চৎপা হায়বদি করিনো হায়বদা মদুদা চৎলগা মদুগী মীওই অদুদা হঙঙি, ‘করম তৌরি ইবুংঙো, হৌজিক অদোমবু করম্না ফাওবগে’ মদুদা মহাক্না হায়গনি, ‘হৌজিক্তি ফরে ।’ মহাক্কী ৱাখলদা অসুম্না ওই মদুদি ‘ওহোহো, ঐগী অসুক য়াম্বা ভেল্যু ! মীওই কয়ানা ঐবু উন্নবা লাক্লি !’ মসিনা মশাগী অৱাবা কাউবা ওই ।

## পুরিন্বা- য়েন্থোক্নবা

তিনশিন্নবা অমসুং থাইদোক্নবা, মসি অনি অসি নেচরল এডজস্টমেন্টনি অমসুং পুরিন্বা- য়েন্থোক্নবা, মসি মীওইবনা বুদ্ধিদগী তৌবা ওই । হায়বদি নুমিদাং তুম্বা মতমদা পুক্নিংদা খল্লি মদুদি মসি প্লোট অসি তাংবা ওই, মরমদুনা মদুগী মফমদুদা হোংই, মদুদগী লৌগে । মতৌ অসুম্না মনুংদা পুরিনৈ । হায়বদি নুংঙাইববু পুরিনৈ অমসুং অৱাবদা য়েন্থোকনৈ । মহাক্না নুংঙাইববু পুরিনৈ মরমদুনা, মতুংদা শাথিনা অৱাবা

ফংই অমসুং অৰাবদা য়েন্থোকনরবসু অৰাবদু হন্দবা ওইদে ! নুংঙাইবদা পুরিনব্রা নত্রগা পুরিনদ্রব্রা ? 'অসিগুম্না তৌরগদি ফগনি, অসিগুম্না তৌরগদি ফগনি', তৌইদনা তৌদব্রনে ? অমসুং মসি প্লস-মাইন্স তৌই। দিস ইজ নেচরল এডজস্টমেন্টনি । করিগুম্বা লুপা ২০০ মাংখ্রবদি নত্রগা ৱ্যাপারদা লুপা ৫০০০ গী অমাংবা ওইরবদি মদু নেচরল এডজস্টমেন্টনি। কনাগুম্বনা ফুরিৎথাওদগী লুপা ২০০০ চপতুনা পুখ্রবদি, মদুসু নেচরল এডজস্টমেন্টনি । 'অৰাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল', মসি ঐহাক্না জ্ঞান্দগী য়েংদুনা গেরেন্টীগা লোয়ন্না হায়রি ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না হায়বা ওই মদুদি নুংঙাইববু পুরিন্বা ওই, মদুদা করি অরান্বা ওইবগে ?

**দাদাশ্রী :** পুরিন্বা তৌগে হায়রগদি অৰাবগী তৌ, নুংঙাইবগী তৌগে হায়রগদি য়াম্না খুদোংথিবদা লাক্কনি । পুরিন্বা অসিবু য়াম্না পাম্বা ওইরবদি অৰাবগী তৌ মদুদি, ঐহাক্না কনাগুম্বা অমবু খুবাক্না থাই, মদুদা মহাক্না খুবাক্না অনিরক থাই মদুদি অফবনি, অসিগুম্বা কনাগুম্বা ফুবা মীওই ফংলবদি ফগনি । মসিদগী ঐখোয়গী জ্ঞান হেঙ্গৎকনি । করিগুম্বা অৰাববু পুরিন্বা পামদ্রবদি তৌগনু তৌইগুম্বসুং নুংঙাইবগী পুরিন্বা অসিদি তৌবিগনু!

## ওইরি প্রভুগী মরাল লৈবা

'অৰাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল', মসি ভগৱানগী লোন্নি । অমসুং মসিদা কনাগুম্বনা হুরাল্লবদি, মহাকপু মীয়াম্না মরাল লৈবনি হায়না লৌরি। কোর্টসু হুরাল্লিবা অদুবু মরাল লৈবনি হয়না লৌই ।

হায়বদি মসিদা মপানগী অরান্ববু থিংন্বা মীয়াম্না মনুংগী দোষ তৌবা হৌরি । মসিদগী ভগৱানগী মরাল লৈবা ওইনা ওই, অসিগুম্না অরান্বা অসি হৌদোক্লি । অরে, ভগৱানগী মরাল লৈবা ওইগনু । মসিদা অরান্বা তৌরবদি প্রোব্লেম ওইদে । থা ২ জেল্দা চত্তুনা অমুক হন্না লাক্কনি

তৌইগুম্বসুং ভগৱানগী মরাল লৈবা নহাক ওইগনু । অদোম্না ভব তাব্রা মসি ? করিগুম্বা মসি অকুপ্পা ৱাফম অসি খঙলবদি থবক লোইশিল্লগনি। মসি 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' অসিদি মীওই কয়া-কয়াশিংগী খঙবদা লাক্লি । মরমদি মখোয় পুন্নমক অসি ইচম-চম্বা মীওইরা ? য়াম্না ৱাখল-থন্থবা মীওইশিংনি ! ঐহাক্না অমুক্তং খঙহন্বা ওইরি । হৌজিক মনেমপোক্না মমৌনুপীবু অৱাবা পী-পীদুনা লৈরবদি মনেমপোক্না ৱাহৈ অমা তাখিবা ওই মদুদি 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল', মতমদুদা মমৌনুপীনা হন্না-হন্না অৱাবা পীবদুদা মহাক্না খুদক্তা খঙঙি মদুদি ঐহাক্কী অরান্বা ওইরমগনি, মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্না অৱাবা পীরিবনিদনা! মদু ওইরবদি মদুগী সোল্যুশন পুরক্কনি নত্রগদি সোল্যুশন পুরকপা ঙমলোই অমসুং লমন-খুম্বা হেন্না হেঙ্গৎকনি ।

## খঙবদা লুই তৌইগুম্বসুং তশেংবমক্কি

অতোপ্পা কনামত্তগী মরাল নত্তে । করিগুম্বা অরান্বা লৈরিবদু মদু ঐখোয়গী অরান্বনি । ইশাগী অরান্বনা মরম ওইদুনা মসি পুন্নমক শেল্লিবনি। মসিগী য়ুম্বি করিনো ? মদুদা হায়রি, 'মশাগী মরাল ।'

**ৱাহং-হংলিবা :** থেঙনা ওইরবসু, তৌইগুম্বসুং জ্ঞানদি তাবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** থেঙনা খঙবা ওইরিবদু, মদু অফবনি । অমরোম্দা হকচাং কেন্থরকপা ওইবা অমসুং মতুংদা খঙবা লাকপা ওইরি । মহাক্কীদি থবক ওইরগনি ! তৌইগুম্বসুং হকচাং কল্লবদি, মতমদুদা খঙলম্লবদি ?

ঐহাক্না 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' সুত্রা পীরিদনা, মদু শাস্ত্রাশিং পুন্নমক্কী এক্সট্রেক পীরিবনি । করিগুম্বা অদোম্না মুম্বৈ চৎলবদি মদুদা য়ুম লিশিং কয়াদা মসি সুত্রা অসি ইরি, অচৌবা ময়েক্তা 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' । করিগুম্বা গ্লাস কায়রবদি, মদুগী মতমদুদা অঙাংশিং অমগা-অমগা য়েংনা-য়েংনদুনা হায় মদুদি, 'ইমা, অদোমগী মরালনি' ।

অঙাংশিংসু খঙবা ওই, খঙব্রা । মমাদা হায়, 'অদোমগী মাইথোং মমি লাংশিল্লি, মসি অদোমগী অরান্বনি।' কড়ীদা থুম হেন্না থাকখ্রবদি, মতমদুদা ঐখোয়না য়েংগদবনি কনাগী মমায়দা অহোংবা ফাওবগে ? হোয়, মহাক্কী মরাল । হৱাইথোংবা হৈদোক্লবদি য়েংউনে, কনাগী মাইথোং হোংবগে ? মদু ওইরবদি মহাক্কী মরালনি । ইনশাংদা মোরোক য়াম্না শারবদি মদু ওইরবদি পুন্নমক্কী মমায় য়েংউ মদুদি কনাগী মমায় হোংবগে ? মদু ওইরবদি মহাক্কী অরান্বনি মসি । মরাল কনাগীনো ? 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।'

অদোম্না মাংদা লৈরিবা অদুগী মমায়-পোম্বা ওইনা উরবদি মদু অদোমগী অরান্বনি । মতমদুদা মহাক্কী অশেংবা আম্মাবু নীংশিংদুনা মহাক্কী মমিংদগী ঙাকপীয়ু হায়জগদবা, মদু ওইরবদি মমাং মপোক্কী কর্মগী লিপুন্দগী নাম্হোকপা ঙমগনি ।

ৱাইফনা অদোমগী মীত্তা হিদাক হাপ্পা অমসুং অদোমগী মীত্তা অনাবা ফাওরবদি মদু ওইরবদি মদু অদোমগী অরান্বনি । খাঙলিবা, মহাক্কী মরালনি, অসিগুম্না বীতরাগনা হায় অমসুং মসি মীয়াম পুন্নমক্কা নিমিত্তপু ফারি !

'ইশাগী অরান্বশিংগী চৈনা ফংলি' । নুংনা থোক্লিবা মহাক্কী মরাল নত্তে, নুংনা পাল্লিবা মহাক্কী মরালনি ! অদোমগী অকোয়বদা লৈবা অঙাংশিংগী করিগুম্বা মখলগী অরান্বা নত্রগা ফত্তবা লমচৎ তৌরবদি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মদুগী ইফেক্ট অদোমদা ফাওদ্রবদি অদোমগী অরান্বা নত্তে অমসুং অদোমদা ফাওবা ওইরগদি মদু অদোমগী অরান্বনি, অসিগুম্না শুঙশোয়-শোয়দনা খঙঙু !

## তুংশিন্বা-পুবাগী অনৌবা মওং

মীওই অনি (চন্দুভাই অমসুং লক্ষ্মীচন্দ)নি । চন্দুভাইনা লক্ষ্মীচন্দদা অরান্বা শিরি মদুদি অদোম্না ঐগী য়াম্না অমাংবা তৌরি ।

মদুদা লক্ষ্মীচন্দনা নুমিদাং পুম্বা তুম্বা য়াদে অমসুং চন্দুভাইনা ফজনা তুম্মি, মরমদুনা লক্ষ্মীচন্দগী মরালনি । তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী সুত্রা অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল মদুবু নীংশিংলবদি লক্ষ্মীচন্দনা শান্তি লৈনা তুমগনি নত্রগদি মহাকপু অথিবা ৱাহৈনা চৈদুনা লৈগনি ।

অদোম্না কনাগুম্বা সুলেমানবু পৈশা মথোইদা পীবা ওইরবদি অমসুং মহাক্না থা ৬ ফাও পৈশা পীদ্রবদি ? পৈশা কনানা পিথিবগে ? অদোমগী অহংকারনা ! মহাক্না পূক্নিং থৌগৎহল্লি অমসুং অদোম্না দয়া লৈবা ওইদুনা মহাকপু পৈশা পীথি, মরমদুনা হৌজিক সুলেমানগী একাউন্দ তুংশিন্দুনা, অহংকারগী একাউন্দ শিংলক্ত্রি ইয়ু ।

## অসিগুম্না এনালাইশিস তৌবিয়ু

কনাগুম্বনা অরান্বা য়াম্না তৌবা, মহাক্না মসি সংসার অসিদা চৈনা ফঙবা ওই । চৈনা কনানা ফঙবগে ? মদুবু য়েংউ । চৈনা ফংলিবা, মহাক্নি অরান্বা ।

অৱাবা নংলিবদুদা, মদুদগী হিসাব লৌথোক্কনি মদুদি কয়াম্না লান্বগে! য়ুমগী মীওই ১০ নি । মদুগী মনুংদা ২ দি য়ুম করম্না চৎলিবনো, মদুগী ৱাখল ফাওবা লাক্তে । মীওই ২ অসিগুম্না থল্লি মদুদি য়ুমদা মতেং পাঙগদবনি । মীওই ২-৩দি য়ুম পুবদা মতেং পাঙঙি, অমদি নোংমা পুম্বা য়ুম করম্না তৌনা পুগনি, মদুগী চীন্তাদা লৈ অমসুং মীওই ২ দি শান্তি লৈনা তুমদুনা লৈ । মদুদা কনাগী মরালনো ? ইবুংঙো, অৱাবা নংলিবা মহাক্কী, চিন্তা তৌরিবা মহাক্কী । শান্তি লৈনা তুম্লিবা, মহাক্না করিসু তৌদে ।

অরান্বা কনাগীনো ? মতমদুদা হায়গনি কনানা অৱাবা নংলিবগে, মবু থিজিল্লু । সেবারীগী মখুত্তাগী গ্লাস ১০ কায়রবদি মদুগী ইফেক্ট ইমুংগী মীওইশিংদা ওইগদ্রা নত্রগা ওইরোইদ্রা ? হৌজিক য়ুমগী মীওইশিংদা অঙাংদি

করিগুম্বা অৰাবা করিসু লৈতে, তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মমা-মপাদি খোয়শাউন্বা ওই । মদুদা মমা অদুদি মতম থরাগী মতুংদা সান্তি লৈনা তুমগনি, তৌইগুম্বসুং মপাদুনা হিসাব হোত্তুনা লৈগনি, মদুদি লুপা ৫০ গী অমাংবা ওইরে । মহাক্না হেন্না এলার্ট ওই, মরমদুনা হেন্না অৰাবা নংগনি। 'অৰাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।'

অরানববু ঐখোয়না থিবা চৎপগি দরকার তাদ্রে । অচৌ-অচৌবা জজশিংবু ওইরবসু নত্রগা উকিলশিংবু ওইরবসু থিবগী মথৌ তাদ্রে । মদুগী মহুত্তা মসি সুত্রা অসি পীরি, মসি থরমোমিটর, মদুদি 'অৰাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' । করিগুম্বা কনাগুম্বনা মসি থক এনালাইসীস তৌ-তৌরদুনা মমাং থানা চৎলবদি, মদু ওইরবদি মহাক্না চপ তিংনা মোক্ষ য়ৌগনি ।

## মরাল ডোক্টরগী নত্রগা অনাবগী

ডোক্টরনা অনাববু ইনজেকশন কাপ্লম্মী অমসুং ডোক্টরনা য়ুমদা চত্তুনা শান্তি লৈনা তুমখ্রে । তৌইগুম্বসুং অনাবা অদুদি নুমিদাং পুম্বা ইনজেকশন অনাবা ফাওবা ওই । মদুদা অরান্বা কনাগীনো ? অনাবা অদুগী! অমসুং ডোক্টরদি অৰাবা নংলকান্দা, মতমদুদা মহাক্কী মরাল অদু ফাগনি ।

মচানুপীগীদমক ডোক্টরবু কৌবা অমসুং মহাক্না লাক্কুনা য়েংবগা মীহুন চোংদ্রে, মতমদুদা ডোক্টরনা করি হায়বগে ? 'ঐবু করিগী কৌরিবনো ? অরে, নহাক্না খুৎ শোকপগা মদুগী মতমদুদা চৎখ্রে, নত্রগদি মিহুন্দি চৎলম্বনি । তৌইগুম্বসুং ডোক্টরনা ফীস ওইনা লুপা ১০ পুদুনা চৎখি অমসুং মদুগী মথক্তা চৈসু চৈ । 'অরে, চৈদৌবা ওইরগদি পৈশা লৌগনু অমসুং পৈশা লৌগদৌবা ওইরগদি চৈগনু ।' তৌইগুম্বসুং অসিগুম্নদি তৌদে, ফীসতী লৌগনি । মতমদুদা পৈশা পীবা মতৌ তাই । অসিগুম্বা জগৎনি । মরমদুনা মসিগী মতমসিদা নিয়ায় থিগনু ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্নসু ওই, ঐঙোন্দগী হিদাক লৌই অমসুং ঐহাকপু চৈরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসিগুম্নসু লৈ । তৌইগুম্বসুং মাংদা লৈরিবা অদুবু মরাল লৈবা ওইনা লৌরবদি অদোম মরাল লৈবা ওইগনি । হৌজিক মহৌশানা নিয়ায় অদু তৌরি ।

ওপেরেশন তৌবা মতমদা অনাবা অদু শিরবদি অরান্বা কনাগীনো?

লৈখোম অনানবদা বুট তোংদুনা চৎপা অমসুং তুরবদি মদুদা মরাল কনাগীনো? ইবুংঙো, নহাক্কীনি ! মসিগী খঙবা অসি লৈরমদে খোংঙুপ তোংদনা চৎলবদি খোঙশাশিংগী ফাজিন্বা লৈগনি অমসুং তুরোই ? মসিদা কনাগী মরাল ? লৈখোমগী, বুটকী নত্রগা নহাক্কী ?! অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ! মসিখক মপুংফানা খঙলবদি মহাকপু মোক্ষতা পুগনি । মসিদা মীয়ামগী অরান্বা য়েংলিবসি, মদুদি ফাজনা লান্বনি । মশাগী অরান্বদগী নিমিত্তবু ফংলি । মসিদা অহিংবা নিমিত্ত ফংলবদি মহাকপু চিক্লবগী কোইতান-তান্নে অমসুং করিগুম্বা তিংখঙ য়ুরবদি করি তৌগনি? লম্বী মরি ফাংবদা তিংখঙ তাদুনা লৈ, মীওই লিশিং কয়ানা চৎলবসু কনামত্তনা য়ুদে, তৌইগুম্বসুং চন্দুভাই থোক্লকপগা তিংখঙ মহাক্কী মখোঙদা য়ুই? 'ব্যাবস্থিত শক্তি'দি করম্না তৌবগে ? তিংখঙ য়ুগদবদা মহাকপু য়ুগনি । সঙয়োগ পুম্নমক পুনশিনগনি, তৌইগুম্বসুং মদুদা *নিমিত্ত*কী করি মরাল ?

করিগুম্বা কনাগুম্বা মীওই অমবু হিদাক চাইদুনা লোক-খুহল্লবদি মদুগীদমক খৎন-চৈন্বা থোকই, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মরোক্ত থাওদা য়ৈবদগী লোক-খুরবদি, মতমদুদা খৎন-চৈন্বা থোকপ্রা ? মসিদদি ফারিবা অদুবু, মহাক্কা লোয়ন্না খৎনৈ । *নিমিত্ত*পু চিক্লবা তান্নে । তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অশেংবদুবু খঙন্বা তৌরবদি মদুদি তৌরিবা কনানো অমসুং কনাদগী থোক্লিবনো, মতমদুদা করিগুম্বা অৱাবা লৈগদ্রা ? তেন-কাপ্লিবা

অদুগী অরান্বা নত্তে, তেন্না পাল্লিবা, মহাক্কী মরালনি । তেন-কাপ্লিবা অদুদি ফারকান্দা, মতমদুদা মহাক্কী মরাল । হৌজিক্তি তেন্না পাল্লিবদু, মহাকপু ফারি । ফারিবা অদু, মহাক অহান্বা মরাল লৈবনি অমসুং অনিসুবা অদুদি ফারকান্দা, মতমদুদা মহাক্কী অরান্বা ।

## অঙাংশিংগী অরান্বা থক্তবু পুথোকই, পুন্নমক্না

অদোম্না লাইরিক তম্লিঙৈদা, মতমদুদা মদুদা করিগুম্বা অৱাবা নংখিব্রা ?

**ৱাহং-হংলিবা :** অৱাবা নংখি ।

**দাদাশ্রী :** মদু অদোমগী অরান্বননি । মদুদা ওজা নত্রগা অতোপ্পা কনামত্তগী মরাল নত্তে ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি ছাত্রশিংনা ওজাগী ময়োক্ত তৌরিবসি, মখোয়না করম কান্দা হোংগনি ?

**দাদাশ্রী :** অৱাবগী পরিনাম ফংলিবদু, মহাক্কী মরালনি । মসি গুরু অসি অসিগুম্না পোল্কি, মরমদুনা ছাত্রশিংনা ময়োক্তা লৈবা ওইরি । মসি অঙাংশিংদি জ্ঞান তাবা ওই তৌইগুম্বসুং গুরু অমসুং মমা-মপা মকোক য়াওদবা ওইনা পোকই । অমসুং অহনশিংনা মশাগী অরিবা পায়শিন্বা অদুদি থাদোক্তে মদু ওইরবদি অঙাংশিংনা মখোয়গী ময়োক্তা লৈগনিদনা ? হৌজিক মমা-মপাগী চারিত্রা অসিগুম্না ওইদে মদুদি অঙাংশিংনা ময়োক্তা ওইদবা । মসিদি অহনশিংনা চারিত্রা হন্থরকপা ওই, মরমদুনা অঙাংশিংনা কিদবা ওইরি ।

## অরান্বশিংগী মমাংদা দাদাশ্রীগী অন্ডরস্টেনদিং

'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।' মসি সুত্রাসি মোক্ষতা পুগনি। কনাগুম্বনা হঙলবদি ঐ ইশাগী অরান্বা করম্না থিগনি ? মদুদা ঐহাক্না

তাকই মদুদি নহাক্না কদায়-কদায়দা অৱাবা নংবগে ? মদু নহাক্কী মরালনি। নহাক্না করি লানখিবগে মদুদি অসিগুম্না অৱাবা নংলিবা ? মদু থিজিল্লু । মসিদি নোংমগী নুমিৎ পুম্বা অৱাবা নংবা ওইরি, মরমদুনা থিজিনগদবনি মদুদি করি-করি অরান্বা ওইখিবগে !

অৱাবা নংবগা খঙগনি মদুদি মসি ঐহাক্কী ইরালনি । করিগুম্বা ঐঙোন্দগী অরান্বা ওইরগদি ঐহাক্না টেনশন ওইগনিদনা !

ঐহাক্না মাংদা লৈরিবা অদুগী মরাল করম তৌনা খঙবগে ? মাংদা লৈরিবা অদুগী হোম (আত্মা) অমসুং ফোরেন (অনাত্মা) তোঙান্না উই। মাংদা লৈরিবা অদুগী ফোরেন্দা অরান্বা লৈরমগনি, মরাল লৈরবদি ঐহাক্না করিসু হায়দে, তৌইগুম্বসুং হোমদা করিগুম্বা অমা থোক্লগদি ঐহাক্না মহাকপু চেকশিনহন্বা মথৌ তাই । মোক্ষতা চৎপদা করিগুম্বা অৱাবা অমত্তা লৈরোইদবনি ।

মনুংদা য়াম্না চাউনা খুন্দাদুনা লৈ, মদুদা কনানা অৱাবা নংলিবগে মদু খঙগদবনি । করিগুম্বা মতমদা অহংকারনা অৱাবা নংই, মদুদি অহংকারগী অরান্বনি । অনম্বা মতমদা পূক্নিংনা অৱাবা নংই, মদু ওইরবদি পূক্নিংগী অরান্বনি । করিগুম্বা মতমদা চিত্তনা অৱাবা নংই, মদুগী মতমদা চিত্তনা অরান্বনি । মসিদি মশাগী অরান্বশিংদগী 'মশা' তোঙান্না লৈবা ঙম্মী । ৱাফম অসি খঙবগী দরকার ওইনেকো ?

## অরান্বগী মরু কদায়দা লৈবগে ?

অরান্বা কনাগীনো ? অৱাবা নংলিবা মহাক্কী ! করি অরান্বা ? মদুদা হায় মদুদি 'ঐ চন্দুভাইনি' মসিগী থাজবা অসি অদোমগী অরান্বনি। মরমদি মসি জগৎ অসিদা অরান্বা কনাগুম্বা অমত্তা লৈতে । মরমদুনা কনাগুম্বা মরাল লৈবা অমত্তা লৈতে, অসিগুম্না সিদ্ধ ওইরি ।

মসি নত্তনদি, মসি মালেম অসিদা কনাগুম্বা অমত্তনা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদে । তৌইগুম্বসুং হিসাব শেমখ্রবদি, মদু লেপ্পা থাদোক্লোই। করিগুম্বা অশোইবা হিসাব শেমখ্রবদি, মহাক্না অশোইবা মহৈ পীদনদী তোক্লোই । তৌইগুম্বসুং হৌজিক অনৌবা ওইনা অশোইবা তৌগনু । হৌজিক তৌবা লেপ্পু । থঙবা মীৎকুপতুদগী তৌবা লেপ্পু । অরিবা অশোইবা শেমখ্রবা অদু, মদুদি ঐখোয়না শিংদোকপা মখৌ তাই তৌইগুম্বসুং অনৌবা থোক্তনবা য়েংউ । মপুংফাবা থৌদাং অসি ঐখোয়গীনি, ভগৱানগী থৌদাং নত্তে । ভগৱান মসিদা থুৎ থিংজিন্দে । মরমদুনা ভগৱানসু মদুবু ঙাকপীবা ঙমদে । কনাগুম্বা ভক্তনা অসিগুম্না মাল্লি মদুদি, ‘ঐনা পাপ তৌই অমসুং ভগৱান্না ঐবু ঙাকপীগনি ।’ ভগৱানগী মদুদা ঙাকপীবা লৈতে । মীনুংশি চেন্বা মীওইশিংগী মফমদা ঙাকপীবা ওই । মীনুংশি চেন্বা মীওইদুদা হায়রবদি, ‘সাহেব, ঐহাক্না অদোমগী মথক্তা য়াম্না চাউবা অরান্বা অমা তৌখ্রে ।’ মদু ওইরবদি মহাক্না খুদক্তা ঙাকপীগনি ।

অৱাবা পীরিবদু *নিমিত্ত* থক্তনি, তৌইগুম্বসুং মরু ওইবা অরান্বদি মশাগীনি । কান্নবা পীরিবা অদুসু *নিমিত্ত*নি অমসুং অমাংবা পীরিবা অদুসু *নিমিত্ত*নি, তৌইগুম্বসুং মদু ইশাগী হিসাবনি, মরমদুনা অসুম্না থোক্লিবনি ।

ঐহাক্না অদোমদা ফোঙনা হায়গে মদুদি অদোমগী ‘বাউন্দ্রীদা’ কনাগুম্বা অমত্তনা থুৎশা-থিংজিন্নবা শক্তি লৈতে অমসুং করিগুম্বা অদোমগী অরান্বা ওইরবদি কনাগুম্বা অমনা থুৎশা-থিংজিন্বা ঙম্মি । অরে, চৈনসু য়ৈগনি ! ‘ঐহাক্তি’ থঙখি মদুদি কনানা শাউদুনা ফুরিবনো ? পুন্নমক অদোমগী ইশাগীনি ! অদোমগী ব্যাবহার কনাগুম্বা অমত্তনা শোয়হন্বা নত্তে। অদোমগী ৱ্যাৱহার অদোম্না শোয়হন্বনি । য়ু আর হোল এন্ড সোল রিসপোন্সিবল ফোর য়োর ব্যাবহার ।

## জজ, ‘কমপিয়ুটর’ গা মান্নে

অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল, মসি ‘লোৎনা থম্বা তত্ব(ইতরনেল ইলিমেন্ট)’নি । মসিদদি বুদ্ধিনা চোকথবা ওই । মতিজ্ঞান্না (বুদ্ধি জ্ঞান)

থবক তৌবা ঙমদবা, মদুগী ৱাফম অদু ‘জ্ঞানীপুরুষ’কী মফমদা ময়েক-শেংবা ওই, মহাক্না ‘ওইরিবা অদু চপ-মান্না’ ওইবা ওই । মসি ‘লোত্তুনা থম্বা ইতরনেল ইলিমেন্ট’ অসিবু য়াম্না কুপ্পা অর্থদা থঙবা মথৌ তাই । করিগুম্বা নিয়ায় তৌবা ঙম্বা চেতন (থৱায় পান্বা অহিংবা) ওইরগদি খেন্নবা মীৎয়েংদা থমগনি তৌইগুম্বসুং জগৎকী নিয়ায় তৌরিবা অসি নিশ্চেতন চেতন্নি (থয়াৱ পান্দবা)নি । মদুবু জগৎকী লোন্দা থঙগে হায়রগদি মদু কমপিয়ুটর গুম্বনি, কমপিয়ুটরদা ৱাহং ইনপুত তৌরবদি মতমদুদা কমপিয়ুটরদগী অরান্বা থোকপা য়ায়, তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী নিয়ায়দা অরান্বা ওইদে । মসি জগৎকী নিয়ায় তৌরিবসি নিশ্চেতন চেতন্নি (থয়াৱ পান্দবা)নি অমসুং ‘বীতরাগ’নি । করিগুম্বা ‘জ্ঞানীপুরুষ’কী ৱাহৈ অমথক খঙলবদি অমসুং লৌশিল্লবদি মোক্ষতা চৎকনি । কনাগী ৱাহৈ ? ‘জ্ঞানীপুরুষ’কী ! মসিদগী, কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমত্তগী এডৱাইস লৌবগী দরকার ওইদ্রে মদুদি মসিদা কনাগী অরান্বনো ? ‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।’

মসি সাইন্সনি, বিজ্ঞান্নি পুন্নমক । মসিদা ৱাহৈ অমতংগীফাও অশোয়বা লৈতে । মসিদি বিজ্ঞান্নি হায়বদি, বিজ্ঞান খক্তনি । পৃথিবী পুম্বগী । মসি ইন্ডিয়াগী খক্তা, অসিগুম্না নত্তে । ফোরেন্দা পুন্নমকশিংগীসুনি মসি !

অসিগুম্বা অশেংবা নির্মল নিয়ায় অদোমদা উহল্লি, মদুদা অচুম-অরানগী য়েন্থোক্নবা অসি কদায়দা লৈবগে ? মসি য়াম্না কুপ্পা ৱাফম্নি । শাস্ত্রাশিংগী পুন্নমক্কী এক্সত্রেক্ট হায়রিবনি । মসিদদি ‘মফম’ অদুগী জজমেন্ট (নিয়ায়) করম তৌনা চৎথরিবগে, মদু একজেক্ট হায়রিবনি মদুদি, ‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল ।’ ঐঙোন্দগী ‘অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল’, মসি সুত্রা অসি চপ-চানা একজেক্ট পুথোক্লি ! মসিবু কনাগুম্বনা শিজিন্নরবদি, মহাক্কী য়াইফবা ওইগনি !!!

**-জয় সচ্চিদানন্দ**

# অশেংবা আত্মাগীদমক প্রার্থনা

হে অন্তর্যামী পরমাত্মা ! অদোম জীব খুদিংমক্তা বিরাজমান ওইরি, অসিগুম্না ঐঙোন্দসু বিরাজমান ওইরি । অদোমগী শক্তম মদু ঐহাক্কী শক্তম্নি । ঐগী শক্তম অশেংবা আত্মানি ।

হে অশেংবআত্মা ভগৱান ! ঐনা অদোমবু অমত্তা ওইবা ৱাখল্লোন্দগী খ্বাইদগী ৱাংবা ভক্তিগা লোয়ন্না খুরুমজরি ।

অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ঐনা ** অরানবা তৌথিবশিংদু, মদু অরানবশিং পুন্নমকপু অদোমগী মাংদা হায়দোকচারী । মদুগী থমোয়শোক্না য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওরি অমসুং ঙাকপীয়ু হায়জরি । হে প্রভু ! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ তৌদন্বা অসিগুম্বা অদোম্না ঐহাকপু শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু ।

হে অশেংবআত্মা ভগৱান ! অদোম অসিগুম্না ক্রিপা তৌবিয়ু মদুদি ঐহাক্কী খেৎন্বা ৱাখল্লোন অসিদগী নানথোক্নবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তম ফংনবা। ঐহাক্না অদোমগী অমত্তা ওইবা শক্তম অদুদা তন্ময়াকার লৈনবা ।

**(তৌথিবা দোষশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ)

# প্রতিক্রমন বিধি

প্রত্যক্ষ 'দাদা ভগৱান'গী সাক্ষীদা, হকচাং *ওইরিবগী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী অপুন্বা, ভাবকর্ম-দ্রব্যকর্ম-নোকর্মদগী তোঙান্বা ওইরিবা হে অশেংবআত্মা ভগৱান, অদোমগী সাক্ষীদা, ঙসিফৌবা ঐহাক্না তৌথিবা** দোষশিং, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি । থম্মোই-শোক্না নুংঙাইতবা ফাওরি । আলোচানা, প্রতিক্রমন, প্রত্যখয়ান তৌরি অমসুং অসিগুম্বা দোষ অসি কৈদৌনুংদা তৌজররোই হায়দুনা অচেৎপা ৱাশক লৌরি । ঐবু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু । হে দাদা ভগৱান! ঐহাক্না অসিগুম্বা করিগুম্বা দোষ অমত্তফাও তৌদন্বগী মতোনলোম্বা শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু।

*(কনাগুম্বা অমগী মথক্তা অরান্বা তৌথিবা মদুগী মাংদা লৈরিবা মীওই অদুগী মমিং লৌবা)

**তৌথিবা দোসশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ ।

(অদোম অশেংবা আত্মানি অমসুং দোষ তৌরি অদুগী মনাক্তা প্রতিক্রমন তৌহনগদবা চন্দুলালগী মনাক্ত দোষশিংগী প্রতিক্রমন তৌহনগদবা ।)

## Books Published by Dada Bhagwan Foundation

| | |
|---|---|
| 1.Adjust Everywhere<br>2.Ahimsa : Non-Violence<br>3.Anger<br>4.Aptavani-1<br>5.Aptavani-2<br>6.Aptavani-4<br>7.Aptavani-5<br>8.Aptavani-6<br>9.Aptavani-8<br>10.Aptavani-9<br>11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel<br>12.Avoid Clashes<br>13.Brahmacharya<br>14.Death : Before, During & After<br>15.Flawless Vision<br>16.Generation Gap<br>17.Harmony in Marriage<br>18.Life Without Conflict<br>19.Money<br>20.Noble Use of Money | 21.Pratikraman<br>22.Pure Love<br>23.Right Understanding to Help Others<br>24.Science of Karma<br>25.Science of Speech<br>26.Shree Simandhar Swami : The Living God<br>27.The Essence of All Religion<br>28.The Fault Is of The Sufferer<br>29.The Guru and The Disciple<br>30.The Hidden Meaning of Truth & Untruth<br>31.The Practice of Humanity<br>32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles<br>33.Whatever Happened is Justice<br>34.Who Am I ?<br>35.Worries |

❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages : Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kannada, Oriya, Malayalam, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Portuguese, Russian etc

❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

Website : www.dadabhagwan.org

## Persons to Contact

**Dada Bhagwan Parivar**

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 9380159957 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

| | |
|---|---|
| **U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**<br>Tel:+1 877-505-DADA(3232)<br>Email: info@us.dadabhagwan.org | **U.K: Dada Darshan (UK)**<br>Tel: +44 330-111-DADA(3232)<br>Email: info@uk.dadabhagwan.org |
| **Germany** :+49 700 32327474<br>**UAE:**+97 1557316937<br>**Kenya:**+25 4722722063<br>**Dubai**: +971 501364530 | **Australia**:+61 421127947<br>**New Zealand**:+6421 0376434<br>**Singapore:** +65 81129229 |

*Scan this QR code using QR scanner app to download free manipuri language ebooks from dadabhagwan ebook store.*

**www.dadabhagwan.org**



## অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মৱাল

করিগুম্বা ফুৰিৎথাও চপল্লবদি মদুদা মৱাল কনাগীনো ? মহাক্কী ফুৰিৎথাও চপতে অমসুং নহাক্কী থক্তা করিগী চপনি ? নথোয় অনিমক্কী মনুংদা হৌজিক অৱাবা নংলিবা কনানো ? 'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মৱাল!'

'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মৱাল !' মসি নিয়ম অসি মোক্ষতা চৎহনগনি । কনাগুম্বনা হংলবদি ঐনা ইশাগী ইৱাল করম তৌনা থিগনি? মদু ওইৰবদি ঐহাক্না মহাকপু তম্বী মদুদি নহাক্না কদায়-কদায়দা অৱাবা নংবগে ? মদু থিদোকউ । মসিদি নুমিৎ চুপ্পা অৱাবা নংবা ওই, মদু ওইৰবদি থিজিনগদবনি মদুদি কদায়-কদায়দা অৱাম্বা ওইবগে !

মসিদি ঐথোয়না ঐথোয়গী অৱাম্বশিংদগী পুনশিল্লি । কনাগুম্বা অমত্তনা লাক্লগা পুম্বা নত্তে । মদুগী অৱাম্বা অদু লৈ ত্ৰবদি মদু ওইৰবদি মতুংদা মুক্তি ।

-দাদাশ্রী

dadabhagwan.org

ISBN 978-93-91375-20-1
9 789391 375201
Printed in India
Price ₹15